অফোঙবা :— শ্রীকুঞ্জো সিংহ, পল্লিকেসক্ল।

কোঙবা :— এপ্রিল, ১৯৮১

কোপী মশীং :— ১০০০

মমল :— লুপা ৪.০০

পুস্ত্রস্বম ভরত মৈতৈগী লাইব্রিকশিং :—

১। ককচিং (১৯৭১)

২। ককচিং হয়াওবা (১৯৭৬)

৩। ককচিং খয়াংবা (১৯৮০)

৪। ককচিং হয়াওবা (অনীশুবা শরুক) (১৯৮১)

---

নম্ফম :— লৌচিং প্রেস, ককচিং বাজার (মণিপুর)।

# উমং-লাই

মপুগী লীখুন খণ্ডনবা মপুনা কোংবীরবা
তাইবঙ হকচাংগী ( লাইকোলগী ) মথুংবু
মপান্দা খুবম য়াববু উমং লাই কৌই,
উমং লাই মথল অনিনি। লাইরেম্বী,
লায়িংথৌ (প্রকৃতি-পুরুষ) পী-পা ;
"হৈ-হা" নিংসাগী ইরাঙ্গ ইনিলবু পলেম
পম্বৌ শিদ মিংথৈনি ছায়না পুয়ানা
শৈথাত্তুনা তাঙলবা মিংলেলবু থিনবা
উমং লাই খুবম অনি থোকলিবনে॥

অইবা।

# অকোঙবগী ৱারোল

ইং ১৯৭১ দা 'ককচিং' হায়বা লাইরিক মচা অমা কোঙজখিবহূদগী মথং মথং ককচিংগী মরমদা মীয়ামদা মশক তাক্নবা "ককচিংগী খরদং" ১৯৭৬, "ককচিং হৱাওবা" ১৯৬৬, "ককচিং খুম্থোকলোন" ১৯৭৬ কোঙজখ্রে। হৌজিক্লা অমুক, খোঙচৎ অসিদা নৌহৌনা "ককচিং হৱাওবা অনীশুবা" হায়বা লাইরিক অসি মীয়ামগী মকমদা শিন্নজরি। লাইরিক অসি লাইবুঙদা হৱাওবগী থৌরম পরেং অহুমক মথং মনাও কায়দনা ইথরকপনি অমম্লুং মতেক মতেক ঈঙ্গিত তৌদুনা মদুংগী অমম্লুং মপানগী ভাব অমম্লুং আর্থস্ন কোঙদোকপনি। অইবগী থিজিনবগী খোঙচৎতা লোইনাইদবা মতৌ অমা লাইরিক অসিদস্ন উরি। মরম অসিনা অইবসিমক্লা ওইরবস্ন অতোপপা মাইচোপশিন্ত-শিংনা ওইরবস্ন হিরমসিবু হেন্না মদুং হুজিন্না থিজিনবগী লম্বী য়াংপা, থোঙ হাংবা লাইরিক অমনি হায়না খঞ্জদুনা ময়ামগী মকমদা লাম্থোকচরিবনি। তরাম তরাম্না ওকপীদুনা অইবা অমম্লুং অকোঙববু পুক্নীং থৌগৎপীনবা খ্বাই তরাগী মকমদা নোম্লকচরি। অরোইবদা ইবুধো খম্লাংবনা পূন্নদকপু কুবিনবা খুবাং চাংজো তরা লোম্নরা পুনেমজরি।

তাং ১৯ | ৪ | ৮১ ইং

অকোঙবা—

# য়াওফম তাকপা

---

## অরানবা চুমথোকপা

| লামায় | পরেং | অরানবা য়াহৈ | চুমথোকপীগদবা |
|---|---|---|---|
| ১৯ | ১/২ | ফিজিং-ফিরাও | হিজিং-হিরাও |
| ২৪ | ১৬ | মদাইরেম | নদাইরেম |
| ২৫ | ৩ | নৈশেম | নৈশেন |
| ২৫ | ৪ | নোংশেম | নোংশেন |
| ৪০ | ৬ | থোনগনি | থেনগনি |
| ৫৮ | ১৫/১৬ | খোম্বগী | খোম্বী |
| ৬২ | ১৪ | য়াকোংলেন | য়াকোংশেন |

# লাই হরাওবা

ককচিং হরাওবা অহানবা শক্তমদা মৈতৈ লাই হরাওবা হৌদোক্লম্বদগীনা মনুংগী শক্তম অমদি ককচিং খয়াংবা হরাওবগী কিরেপ হৌখিবা, লোয়ননা ককচিং হরাওবগী থৌরম পরেং অমম্বুং ককচিং হরাওবগী তোপ তোপ্পা খরা য়াওনা লায়িংথৌ ইবুধৌ খয়াংবনা লাংওন মাপন্না শান্নবা অমদি ভারতনা নীংথা তম্বগা লোয়ননা মাগী লাইথৌ থৌরমম্বু মতমগা চাননা অনৌবা খোংথাংদা লাকপগী ময়মনচিংবা চাওরাকপা উংগ্রে।

ককচিং হরাওবা অনিশুবা শকতম অসিনা অমুক্কা খরা খেন্নবা থাইগা মান্নদবা মওং-ওইবশিং থৌরম থৌপাঙ অমদি থৌওংনচিংবা লোয়ননা মতুগী মনুংগী অমদি মপান্নগী ওইবহ চাউরাকপা উংলি।

লাই হরাওবগী থৌরমশিং থৌপাঙবদা ওইরিবা থৌওংশিংগী মনুংদা মরু ওইবা মপুঙ পুরিবা পেনা, মাইবা, মাইবী হায়বদি মথংশিংনা ঈহল, লমজিং, থৌপাঙ অহুমনা মান্নদা াগী মাগী মথৌদা অমগা অমগা কারল চংনবা অমদি য়েংনবা লৈনদবা থৌরমশিং থৌপাঙই।

অহুম্না মতম অমত্তদা মকম অমত্তদা থৌরম অমত্তদা চপ মান্নবা মাগী মাগী মথৌ তোঙান তোঙানবা মওংদা পাঙথোক্লিবহুনা পুম্নগা লাইথৌ হরাওবগী ময়াঙ অমদি মশকপু ওই।

মাইবা মাইবীগী থবক্তি মরক্তা মহুৎ শিনবা তারবন্তু মাইবা মাইবীনা শিল্লি। পেনাগীদি পেনানা শিনবা অমদি লাইরোল্ল শৈহনবা অমদি হনবীনা (অশৈবনা) শিনবসি চংনৈ। শিনবা খুদিংমক হান্নবা চংথরমলিবা লমদাংহুগী কায়দনা শম-থক্নুনা মথং চংথগনি।

মক্তদি পেনানা মথঙ মনাও কায়দনা শৈথানা শক শো-ন্তুরক্লিবা অহুদা চাননা মাইবা মাইবীনা থোপাঙলি; মহুবু মী-য়াম্না মতৌ তমহুনা অমদি চানহন্দুনা ইল্লিবনি।

অম্‌ম্না পাঙথোক্লিবা লাইথৌ থোপাঙ হরাওবসিদা অশোয়-অঙাম পুংথ-য়াংথহৌবশিংবু লাইবুঙহুগী (হরাওরিঙৈগী) মাই-বরেলনা কুপ্না য়েংহুনা শেম্নরগা ফোংচিন মেলশিন থোপাঙবন্তু নুমিং খুদিংগী লোইশিন্নকপদা পাঙথোকই।

অসিগুম্বা হরাওবা অসিনা তাইবং মপুগী লাংওন কোরো-হনবা নুমিং পান্দমনা মঙাং, লুরাং. খুমনবু থঙননা তক্ক তক্কবা নয়ুমনি, হৌবা লোইবা মওংনি, নশাদগীবু হুনবনি, নয়ায়দগী শাংপনি হায়ববু পান্দম্না চকপরোলনা হৌরগা কংলৈবু শাম্নহুনা উমংলোলনা লোইশিন্দুনা শাম্নবা কাওবা ঊংলি।

হরাও থৌরমগী হৌরমদাইদা লৈরাংবা থৌদ পিবা অমদি লৈরাংবা চংপনা তাইবং মপুনা তাইবং পানবা থোক্লকবা

অসুম্বা মপু মানা তরংদা লৈরম্বদগী মানা শেম্বা তেংপাল অমদি তাইবংগী শকুম অমদি মথং মথং মালেমগী মতুম তাবগী মওং-নচিংবা ঈকৌ ঈহাইফুনা খঙহনবদগীনা লাইবুংথৌ, লাইনুরাশিং শেম্বা উংনা মথং মথং জগোয় অমদি ঈশৈনচিংবনা মীপোক মীহিং খুনপাল লৈপাল শুনা উংলি।।

মথং মথং শায়হুনা লাইপৌ লাইরেল মথেকনচিংবা শায়রহনা লোইশিন্নকপদা মপুনা চানবীহুনা নমু তাইংদা মপুগ ফানা মপুবু খঙজবা চুমনবা পোংলম তরেং পীনবীরকপবু উংনা শায়বা চাক্রেম তানবা শায়রগা মিকোন থাকোল লাই তেশিনহুনা থোরম লোইশিল্ল।

মথং নুমিংতা মুক্রা লমজেল উংতুনা মপুগী থৌজাল ফংলবা মীওইবনা চাদা নাওদাহনা নাদ য়েক্কন নুংঙাই য়াইফনা পানবা তান্নবা অমদি তিনজং কায়জংদববু উংনবা শারৈ। লোই-রগা ফমথিল শঙকুমহনা পুনশিরোল নিজববু নিফমদগী নিজৈ।

মতৌ অসুম্বা তাইবং শেম্নকপগী মওং, মতৌ, মফম, মতম পুম্নমক খঙনবা অমসুং মহুবু অমুক হন্না নীংশিংহৌহনা লাংন-নীংনবগীদমক মওং মতৌ মশক উংতুনা শায়বহুবু লাই হরাওবা হায়না খঙনরক্লিবনি।

# ককচিং হরাওবা থৌরমশিংগী থৌপাঙ।

ককচিং হরাওবা অহানবা শরুকমদা উংশুবা থৌরম শরেং-শিংগী থৌপাঙ অমদি মন্নুংগী ভাবার্থ, ককচিং হরাওবগী তোপ তোপ্পা খরা অমম্নুং পাঙথোকপদা থেন্নবা লৈবশিং অহু উৎপনা অনিশুবা মতাংসিগী মপুঙ ওইবা শরুমনি।

১। হরাওবগী মতম লেপ্পা।

মহৌশানা লাইশক থেন্নবগী মতুং ইন্না হরাওবগী মতম [থা] থেন্নৈ। থাপান নুমিৎ কোকায়দি অরেপ্পা লৈরবস্নু লাইচা য়েংনা তৌনৈ। হরাওবগী মতম অসি লাইশিংনা মপুগী লৈশেম নোংশেম অমদি মপুগী ত্রাইবংদা থোয়া অমদি থৌপাঙখিবগী মতুং ইন্ননি।

হায়বদি চাওরাক্লা লমদাদা মঙাং, শজিবুদা খুমন অমদি কালেন্দা লুরাং তোঙান তোঙানবা লাইশক্কী মতুং ইন্না অরেপ্পা মাগী মাসী থা থাহুদা হরাওবগী থৌরম তৌবনা মরম ওইরগা লাইশক অমস্নুং মঙলবু থঙনৈ। হরাওবা হৌবদি লাইঠুগী অরেপ্প নুমিৎ কোকায় লৈবশিংদা হৌগনি লৈত্রগনা লাইচা অকবদা হৌগনি, হরাওবদি মতম তেম্ন নত্রগা শাংনা হরাওবা ভরানি,

থা অমা ওইবা য়াই, লোইশিনবদি হৌবদগী হেন্না লুনা য়েংহুনা অকবা নুমিত্তা, লাইচা অফবদা লোইশিল্লি।

হৌবদগী লোইবনা লুনা থন্নে ; লোইবদা কায়রবদি কত্তবা মহৈ কংই হায়হনা মহু থোক্কনবা য়াম্না লুনা মুন্না য়েংহুনা লোই-শিল্লি। হায়বদি লাই হরাওবগী মিংয়েংসি পোকপদগী শিবা কাও-বনি ; অমদনা মঙাং, লুৱাং, খুমনবু ওইনা লৌরগস্থ ঙসি লাইরেল নোংজামগী খুমন মাদি অক্কবা লাইনি, ভুংলমচংকী থৌরমবু থৌরেপ্পনি, মকোকনবু মমৈগা চিক্কবব, ওইবনি হায়না পুয়ানবু শৈথারি "তক্ক তক্কবা নয়ুমনি হৌবা লোইবা নওংনি নশাদগী ছন-বনি নয়ায়দগী শাংপনি" খঙনববু হরাওবদা চকপরোলনা হৌরগা কংলৈনা শাম্নহনা উমংলোলনা লোইশিন্না শান্নে।

২। য়াথোকশঙ

মহৌশাদগী লাইনা লৈরিবা লাইশঙ শঙলেন অহু নস্তবা, লাইশঙনা লৈরিবা ইংথোল ( মফম ) তুগী মনুংদা লাইশঙ শঙ-লেনগা লাপ্পদনা, ভুং অমদি নাকু য়েং ওই অনি ফকলাং খাজিনবা মমাঙ থঙবহু খাদব। মমাই ফাংপা শঙনি। মসিদা শঙলেনদগী লেঙথোক্কগা অ'শোন মেন নিংথিনা লৈতেংহুনা হরাওবগীদমক্ক নিঙথিনা শেম শারবা অমদি শঙ মনু দা মেনগী নাক য়েস্তা অমস্নং ভুং মাঙদা শেবা থৌগল লাঙ্গলগী মৌনা শেবা থৌগল লাঙ্গল শেম শাবগী হোংনবদা মরাং কায়না য়াবা মওংগী শঙ মচা অমনি। অয়াম্বা মতমদা কায়রিবা য়াথোকশঙ অসি শঙলেন লাইশুমাংগী (উত্রামাংগী) নাকল অমদা শারগা মহুদা লেংথোকপদ

শুমাং অহুদা হরাও থৌরম নিংথিনা তৌবদা মফম অমদি মঙং চুম্না তাগদবা হায়বদি য়াথোক শঙগা শঙলেনগসি মায়ওল কারল তানা শঙলেনগীনা ওই ওইনবদা তাহনগনি হায়বদি শঙলেম্ন অরাং ওন্নবদি য়াথোক শঙনা লাইশুমাংগী নোংচুপ্তা নোংপোক ওন্না শাগনি। খুললাইদি মসি তাদবা য়াদে, শাগে লাইদি ইয়া য়াই।

য়াথোকশঙসি মতম মতমগী ওইনা শাবা নত্রগা মরাচেৎনা শাহনা থম্বা অনিমক তৌনৈ। শিজিন্নবদি হরাওবা মন্নুংদা শিজিন্নৈ। হরাওবা মতমগী লেংথোরকপদা ফমদংফমনি।

## থাংপোকশঙ

লাই হরাওফম উত্রামাং (লাইশুমাং) গী মফমদু লাই শান্নবগী (হরাওবগী) মফম থাক্লগা মতুংগী অকোয়বদা ফমথোশিং অমদি অহল লমন অহুগা মতিক ময়াই লৈরবা ইকাই খুম্নবা য়াবশিং য়াওনা, মাইবা মাইবী পেনা পুম্নমক্কী মাগী মাগী ফমথোনগী মতুং ইন্না মফম নাইনা শিন্দোক্লুনা হোৌনবী কায়দনা মথক মথা নাইনা ফমফম শেমনবগীদমক্তা শাবা ফমফমগী শঙবু থাংপোকশঙ কৌই। চিথেক কোঙ্গিল নাইবা নত্রগা কোয়না পরেং শানা মফম অহুগী মঙং য়েংনা শঙশাং ওইনা শানৈ।

শঙ অসিদা ফমলিবা মীওইনা মী অমনা মাগী হৌনবী ফক-কিদা অমদি অথেমপোৎনচিংবা লৈতেংহুনা থম্নবা য়াবা মফম কনগনি, শঙ অসি মী অমগা অমগা কা থন্দনা পুম্নমক হাঙনা নাকল খুদিং থাদনা শাবা মুপা মুপীগী শঙনি।

মতম পুম্নমক্তা লাইগী শঙ (য়াথোকশঙ) য়েং থংবরোম পরেংনা মুপাগী ফমফমনি, ওইরোমগী পরেংনা মুপীগী ফমফমনি। হায়বদি শাবা মতমদা য়াথোকশঙনা (লাইশঙনা) ময়ারদা লৈরগা হায়বদি য়াথোকশঙগা হেক তাইননা চৎথৎ চৎথ ফজগদবা মওং য়েংনা নাক য়েং ওই অনিমক্তা শাগদবনি। মতুনা শাং-দোকখিবনা কোয়না নত্রগা চিথেক নাইনা মফমগী মওং য়েংনা উত্রা মাঙবু কোয়শিন্না শাগদবনি। হৌনবী লম্বী অমদি মায়কৈগী থাকফম থোকপা থাক্লগা, শঙ অসি মতম মতমগী নত্রগা মরাচেৎনা শাবা অনীমক য়াই। শঙ শাদ্রবা ফাওবদা ফিদাথক্তা থাহুনা ওইরবস্ু তৌগদবনি। মসি লাই লমথোক-পনচিংবদা ফাওবা ইনগনি।

শঙ অসি শাবদা য়াম্না লুনা তৌদবা য়াদবা রাকম লৈ। লমথোকপা মতমদস্ু ফিদাতা ওইরবস্ু থাহুনা নিয়ম অসি ঙাক্কবা য়াদে। মসি চুম্নগী শাগৈগী, খুলগী, শাগৈগী অহল-লমন ব্যবহার তৌবতগী ওইনা উৎপত্তা নত্তনা মসিগী মথক্তা অরুবা রাকম কয়া লৈ। ময়মদি ফমলিবা ফমথৌশিং অমস্তুং কমফম নাইনা ফমলিবশিং অসি লাইহৌদগী লাইরোই ফাওবা তেক্ক কায়দনা য়াওদবা য়াদবনি: ময়মদি মথোয় অসি শকপানবা

লাইশক অময়মগী মহুৎ শিন্দুনা লেঙশিল্লিবনি হায়না থাজনৈ। করিগুম্বা লাইগী শকতম লৌরিবা কমথৌ কমনাইবা অমনা অরাল অছুই, লংজ খোংচবা থোক্লবদি খুনগী নত্রগা লৈকাই অতুগী অনম অহা চুবা লৈ থাজনৈ ; লাইচু ভিনচুবা অমম্লুং তেমপানবা লৈ হায়না থাজনৈ। মসি পুম্নমক থোক্তনবা কমলিবা মীওইশিং অমদি অখং অহৈশিংনা য়ায়া লুনা হোংনৈ।

মসিদা কমলিবসি হেদৌ-হেরাও, লেমজ-চাওজ কমকম তাক্লা ওইনা লৌনদে। মরু ওইবদি শিদবা মপু অমদি লাইনিংথৌ লাইরেম্বীনচিংবা লাইশিংগী মিংথৈ মিংলেনবু কমথিনবদম্তু শক শোন্দুনা, নোয়তুনা মতিক ময়াইবু লৈশি লৈথোনবদা চিন্না, খুংনা, থবক্লা অমদি কমকমনা থোপাঙবনি, অতুনা কায়হৈ-তংহৈ-শোয়হৈতে হায়না লুনা তৌবনি।

শম্না হায়রবদা ফিদাশিং অসি লাইগী কমকমনি কমলিবা মীতুদি চুম্নগী লাইতুগী সেবা ভাবনি, লাইশক খঙনা সেবা তৌবনি। অতুনা ফিদা খুদিং কৈনা থানদে য়ুংনা থাগনি, চৌকিগুম্বদা তৌনদে, ফিদাতুগী মতোন্দা মাঙদা ফিদা মথক্তা লাইগী খুদা শেম্লগা থমগনি, মতুদা লাইগী খুদানি। "লাইগী খুদাসি শামু খোঙপাক্তা মান্নবা পোংকী মশক্তি ; মতুনা থাগনি॥" শঙলেন (মপুগী শকতম ওইবা) য়াথোকশঙ (মপুগী লাংওয় ওইবা) অমদি খাঙপোকশঙ (লাইবুংথৌ লাইনুরাশিং) বু খুবম শেমনা মশক নাইতুনা শেমজ-শাজ মওং লেপচবগী মরমদি মপুগী লাংওয়া ওইরবা পী, পা, লাইনিংথৌ লাইরেম্নরনচিংববু নিংশিংবগী ওইবা থৌপাঙনি হায়না লৌগনি।

# লৈ লাংবগী মওং

লৈ লাংবা হায়রগা মপান থোংদা লৈ চিনবা, কংপবু শমনা লৌনৈ। মতুংসু থবকনদুদি তৌরিবনি অতুগা মনুংগী ওইবা ভাব কয়ামক্কমসু য়াওরিবনি।

হরাওবগী মতম লেপলবা ভুংদা হরাওবা হোৌগদবা নোংমা লৈনা কমনাইবা লৈরোই হনজবনা লাই ইবুধৌগী লৈ লাংনবা লৈ হেকপা লাক্কনি হায়বা মহোশানা চৎনরকপা মভুং ইমা পূক্কম খুলগী খুল্লাকপদা মাগী লমদগী লৈ হেক্কবা পাউ পীরবদা খুল্লাকপনা লৈ লৈগদবা লম অমদি মতু লমজিংনবা থোদা মী ২/৩ শিন্নতুনা থমগনি। লোয়ননা মাগী লমগী অতৈ মী-শিংবু সুমিৎ অসিমদি লৈরাংনবা লৈরোই হজবা লাকপবু উন-ওক্কদনবা লৌকুম শিঙচম্নচিংবা থবক চৎপা মপান শিঙপান থোকপা কাওবা তৌদনবা খুনগী মীয়ামদা লাওথোকই।

মথং অয়ুক্কা লৈরোই হজবনা য়োরক্কবদা খুল্লাকপনা পীবা পূক্কমগী মীশিংতুনা অপানবা লৈখোং চঙতুনা তাকপা তৌনদে। চাওরাকপা চৌংগী চৌংমাই অমদি চৌংগোনতুদি তাক্কনি। মতুদা চঙতুনা হজবনা লৈ নুংকারৈনা থিগনি, হেক ফংবগা সেবারোই-শিং কৌতুনা মপানবী ফুক্কবা অমদি হোৌনবী পুম্বা তৌনবা থোৌদাগনি। করিগুম্বদা লৈদ, ফংব' ড়মত্রবস্থ কনানসু তাকপা

য়াদে। হঙবনা চীংমাইদ্দা লৈয়োল শক্তুনা অমদি লৈখোং জগোয় শাদ্না থুরুম খাচংহুনা থিগনি।

অয়েপ্পা লৈ মুংকায়ৈ লাইনিংথৌ অমদি লাইয়েম্বীগী তোঙান তোঙানবা মশানা লৈশক তাকচবা মকম অমদা পুন্না হৌদ্না লৈরম্বদ্ ফংলবদা মথংদা লৈশং অমদি লৈ-খোংজোমশিং ( লৈ অতৈ ) লোয়ননা উচান মনা অমদি লাংনা হেক্কনি।

লৈথিবা হেকপা চংলমদাইদা লাইবুঙদা কারগা লাইদা খরি নোংথাং চিংখংকনি। চংপদা সেবারোই মী অমা লোইনগনি। পুন্না হঙবগা মখোয় অনি চংকনি। চংলমদাইদা লাইবুঙদা চঙলগা লাই থুরুমদ্না হৌনবী শিংপাক ঙারৌ, অমম্বুং লৈপোন তাইরেল মশা অচৌবা অমা অমম্বুং সনা লুপা কোনয়াই হুম্নবা শুনা থৌয়াং তৌহুনা পুগনি।

লাই থুরুম্বা অমদি খরি নোংথাংনচিংবগী শিজিন্ননবা হৌগংথিবা মৈশেং ( মৈবা চিংলগা ) লাই উত্রামাঙগী চিংখেদা শাবুঙদা থম্লিবা ( হৌরিবা ) মৈ অসি লাইরোই ফাওবা মুংতনা হয়াওরিবৈদা লাইগী শিজিন্ননবা থমগনি।

অম্মুম্না হৌনবীশিংসি লোইরবদা লাইবুঙদগী চংনবা মায় হেক ওল্লকপদগী হৌনা হঙবা রা ঙাঙবা য়াদে। অম্মুম্না ঙাঙদবসি লৈশক মুংকায়ৈ ফংত্রিবা ফাওবনি, ফংবদগী ঙাঙবা য়ারে। সেবারোইদি ঙাঙবা য়াই।

লৈশক মুংকায়ৈ অসি লাইনিংথৌ লাইয়েম্বী পুন্না য়েংওই কায়দনা থুবোম অমা লাপননা হৌহুনা লৈরম্বহু হেক

ফংবগা মখোং নিংথিনা ফান্দোক্লুনা নাহাইথোক্কনি। কোন-য়াইস্থু হুনগনি। মথংদা শিংপাক চারৌনচিংবা কংকনি। অদুদগী পানবী ওইনা য়েং ওই কায়দনা ফুক্লগা মনাক নকপা ঈশিং-খোং অমদা নিংথিনা কিশঙ নক্লগা করিগুম্বা মথলনা শঙগী মওংদা খল্লগা খুদা থাদুনা মদুদা য়েং ওই কায়দনা থল্লগা হৌনবী লাইগী খোরম নাহাইথোক্কনি। অদুদগী অতৈ লৈ-খোংজোমশিং হেক্লগা হঙবনা জগোয় কংকনি (লৈরাং জগোয়)। লোয়ননা সেবারোইস্থু য়াওনা পুরুমগী মীস্থু য়াওনা জগোয় কংকনি। লোইরবদা লৈপোক্না য়েং ওই কায়দনা মশক খঙনা হাপলগা পুরক্কনি।

লৈরোই হঙবনা লৈ হেক্লগা হল্লকপদা লম্বী লমখাংদা অতোপ্পা মীনা লমওক্লবা উনবা মায়য়োক্লবা ফত্তে হায়না থাজনৈ। অদুনা লৈরাংবা চংকদবা মুখিং অমদি মতম মীয়ামদা লাওথোকই। অদুগীস্থু মথক্তা মানা চংপদা লাক্লে খঙনবা মাগী সেবারোইনা মাঙ থাদুনা কোকয়েং ফৈয়েং য়েংলগা তাইরেল মশা মনা পুঙবা অমা লেংবান্দা খোংদুনা মীয়াম উকন্দুনা চংকনি। মদু উবদা মীয়াম্না লাপ্তুকপদগী চায়থোক্লুনা লৈনৈ। অম্মুম্না লৈ পুরদুনা লাকপনা অহানবদা ময়ুম (হঙবগী) দা চাবোকশঙ নক্লগা অমাংবা থবক তৌনদবা অশেংবা শঙ অমদা নিংথিজনা ফিদা অমা থারগা লৈপোনগা লোয়ননা থমগনি। থমফমদু অহানবদা নাহাইথোক্কনি, ৱাইরম নিংথিজনা তৈথোক-কনি। অম্মুম্না থম্নবা ভুংদা হঙবনা মশাস্থু ঈরু ইচাই ঈশেংলগা

অতোপ্পা হৈরুক অথেমপোৎ, মনা য়াওবা চুপাং অমগা লাংথৈ অমস্তুং শংব্রে য়াওনা লৈপোনগা লোয়ননা শেম শারগা সেবা-রোই য়াওনা মী অমা অনিগা লোয়ননা নিংথিজনা ফিশেং ফিশেং লৈতেংলগা লাইবুঙদা লাই ঈকৌবদগী ঈকারকপা নংনবা লাইবুঙ কাগনি।

লাই ঈকৌরুবদগী কাররুগা থাংপোকশঙনচিংবা কোনয়াই হুনগনি অদুগা নিংথিজনা শেম শারবা শমু খোংপাক্ত মেনগী মথক্তা য়াথোকশঙদা লাইনা কমদেংগনি। মদুগী তুংদা অনম অহা কোক্লগা লুক কংকনি। লুক কংপা লোইরগা লৈ লাংগনি।

লৈ লাংবসি ইবুংঙো ইবেম্মগী মশক্তু য়েং ওই কায়দনা মুংকাবৈরদু লাংগনি। মথংদা লৈশং অমস্তুং শংব্রে। অদুগী মথংদা অতৈ লৈ-খোংজোমশিং য়াওনা ঊচান মনা অমস্তুং লাংনা পুস্ত-মক লাংগনি। মথংদা পেনা, মাইবা, মাইবী অমস্তুং ফমথোকশিং পুম্বা মথং মথং ইবুংঙো ইবেম্মগী লৈমনদু য়েনগনি মস্তুমনা লাংলিবৈঙদা মী খরনা লৈরাং ঈশৈ শক্কনি ( মুপীশিংনা )। ইবুংঙো ইবেম্মগী লৈ মচা য়েনবসি খুল্লাকপদা হানগনি।

মথংদা মাইবী জগোয় ওক্কনি। মতুংদা লৈরোই হজবা জগোয় কংকনি। মীয়াম ঈশৈ শক্কনি। মসিগী মমাংদা কনা অমত্তনা জগোয় অমদি লৈ কংপা য়াদে। ব্রাইরি খয়াংবগীদি চোম থিনবা হায়বা অমগা য়াওগনি।

লৈরাংবনা লৈ হেকপা চংপা মুমিংসিদা চপ মান্নরা মীনৌ লাইচীং খুলগী মীনা চোম্বু ইবুংঙো ইবেম্মগী লৈতেংবা

লৈ লাংবা নংনবা মরিং মীনৌ খুলগী খুল্লাকপদা পাও পিহুনা মীনৌগী মী অমনা থিল্লকনি।

পাও পিবা চংপা অমদি থিল্লকপা মী অসি মতম মতমগী ওইনা হাপ্তুনা লৈতে; ভাকপা চংপদা মীনৌ খুল্লাকপদা লম্বান অমদি খুদোনপোং পিগনি, থিল্লকলিবহুম্ব খুদোনপোং হাপকনি (লাইশঙবনা)।

চোম অসি মহৌশাদগী মীনৌ খুনগী ভাংখুল লোকগী হেক্লগা খুবোম অমরোমদা শাংনা কক্লগা পাম্বোম্মুক চাওনা পরানা মক্ষম অহুম পুল্লগা মপুন অমথক পুরকনি। মহুনা চোম পাপ্রেনচিংবা শারগা লাইদা থোনগনি।

অম্মুম্না লৈ লাংনবা লৈগী মথি অমদি লৈশক অহুগা থোপাঙ, অহুগী মথক্তা শক্লিবা ঈশৈ অমদি ঈশৈগী ময়েক্লচিংবা অসিনা অহুৈঙ অতিংকোক কুক্লশিদবনা ভাউপী লোইনাইদবগা অনিমক তিন্নৈঙগী ঈশৈ:—

নুংকা লৈস্তে নুংলৈতে,
নুংলৈসন লৈতে সাহন হন;
খা নুংকারৈ নুংকালৈ।
লাইরৈর্ম্মগী তিনলিথোক,
লাইয়িংথোগী তিনলিকক;।

হায়বা ভাইবংপাল মপুনা ভাইবং পানবা থোক্লবা, অতিং-কোক শিদবা 'অশিব' দা থোদাখিবা হায়বদি ভাইবং শেয়ববু থৌরাংবগী ওইববু নিংশিংনবা মশাম লৈরাংবনি।

অম্সুম্না লৈশেম মুংশেমগী মমাংদা মপুগী অহানবা থৌরেপ-কী থৌপাণ্ডবু নিংশিংবগী মওং ওইবা লৈরাংবা পাণ্ডখোকই।

কোনয়াই ছুনবা অমদি অনম-অহা কোকপা অমস্তুং মৈশেং

য়াথোকশঙ অমদি খাংপোকশঙ থৌরম হৌবদা কোনয়াই ছুনগনি ( ঈকৌবগী ঈকারকপদা ); লোইননা অনম-অহাস্তু কোকখোক্কনি। মতম পুম্বদা পোং খুদিং তাইরেল পুংফাইনা নাহায়খোক্কনি।

কোনয়াই ছুনদনা অমদি অনম-অহা কোকখোক্তনা অমস্তুং নাহায়খোক্তনা করিগুম্বা অমত্তা শিজিন্নবা য়াদে। উত্রামাংগী চীংখৈদা মৈবা চিংলগা হৌগত্তুনা থম্বা লাই হৌবদগী লোইবা ফাওবা শিজিন্ননবা মুংতনা থম্বা মৈতনা লাইগী শিজিন্নগনি (শাবুগুগী মৈনা) মপুগী থৌরম্বু পাঙজবদা পোংলম খুদিংবু নাহায়না শেংদোক্তুনা অনম অহা কোকচরগা অমদি সনা লুপা কোনয়াই ছুননা কোরৌ মালেমবু তাইবনা পুম্নমকপু অনিদগীবু ওইবনি হায়ববু উংনা থৌপাণ্ডই।

---

# ঈকৌবা

নিংথিজনা শেম শারবা লৈ-শু য়াওনা লৈভেংলবা, লৈছুন তম্নবা দোলাই, লাইপোং, থাঙ, ফিদা; ছুমাই, ক্কাকোক, ক্কাকশেল, ঈহাযফু, খয়োম, য়াম, উতোং অমদি লৈয়োমনচিংবা অত্থুগা ফিরাল, চোঙ. পে, পুঙ-শেল, পেনা লোয়ননা থৌগল লাঙ্গন মীওইশিং য়াওনা মাইবা মাইবী শুনা শেম শাগনি। লোয়ননা দোলাইরেং অমস্তুং লাই পুগদবা (খওই পুগদবা) য়াওনা থৌগল লাঙ্গন নুপা নুপী পুম্নমক মাংজোননা শিন্থা পীগনি। মরমদি ঈকৌগদবা নোংমা লৈনা লাইগী থৌগল চংগদবা খুদিং ঙাকক্কম থোকপা চাকতিল ফিতিল চাকমাং ফিমাং অমদি ফমতিন্নবনচিংবদগী ঙাকচনবা; লোয়ননা মাগী মাগী ফিজোল অমদি লৈভেংবু লাঙজনা মশা শেংদোকচনবা।

ঈকৌগদবা নুমিত্তা ফমথৌশিং য়াওনা মাইবা মাইবী পেনানচিংবা মীয়াম শুনা লাইবুঙ উত্রামাঙদা তিনগনি। পুম্নমক শুরবদা ঈকৌবা কুমগনি।

ঈকৌকমদি ভুরেল নত্রগা পুক্রিগুম্বদগী কৌগনি মকমতু কৌগদবা মাইবা নত্রগা মাইবী কুমত্থুনা ইরুপ্পা য়াগদবা খুত্থুপ ২/৩ লুবা ঈশিং ওইগনি।

লাইবুঙদগী ঈকুম্বা ঈকৌবা চৎপসি হৌনবী শুনা য়াওরগা থৌগল লাঙ্গল শুনা শেম শারগা পুন্না পরেং নাইনা হৌনবীগী মতুং ইন্না চৎকনি। হায়বদি ঈকুম্বা চৎপদা হোরেল কারকপদা চৎকদবা মওং অদুদা মথং মনাও পরেং শেম্না চৎকনি। খ্বাইগী মাঙদা মী খলৌবা য়েকপা অঙাংবা ফিরাল মথংদা লাইনিংথৌগী মথংদা লাইরেম্বী অম্মুম্না খম্ম খম্মনা পরেং অমদা চৎকনি। নত্রগা পরেং অনী থোক্লগনা ফিরালনা মাঙ থারগা মাইবনা য়েং থংনা লাইনিংথৌগী পরেংগী মকোকচিংনা চৎকনি। মাইবীনা ওইদা লাইরেম্বীগী মকোক চিংনা চৎকনি। অনীসিগী ময়াইদা পেনানা চৎতুনা খ্বাইগী মাঙ থাগনি। অম্মুম্না লাইপোৎ পুবশিং অমদি য়াওনিংবা পুন্সমকস্তু মথং মথং লেংথনা য়াওগনি।

পরেং অমা নত্রগা অনী খুদিংদা মাইবা মাইবী পেনাগী মথংদা খ্বাইগী মমাঙদা লম্বা থাঙ, মথংদা থৌগল লাইথাঙ, শেনবাক, চোঙ, হুমাই, খওই, ফিদা, খয়োমগী পোৎ, অম্মুম্না মথং লেংথগনি। পরেং অনী ওইরবদি খওই পুবদি মরক ময়াইদা চৎকনি।

পে, অলবার, চোঙনচিংবা খরগা দোলাইগী থৌগল ইনগনি। দোলাই য়াওদবা মতম পুম্বদা মথকী মওং অসিদা থৌগল তৌগনি। দোলাইদদি হিজ্জিং হিরাও অমদি থারাওনবস্তু য়াওগনি।

পুম্নমকসিগী মাঙদা নিংথিজনা লৈছন তম্নবা দোলাইহু

দোলাইরেং মরিনা লেংদা থোংনা পুগনি। দোলাইদা থৌগল লাঙ্গল মাইবা মাইবী পেনা পুঙ-শেল শুনা ইনগনি। ঈকৌবা নুমিৎ অসিগীদমক্তদি লাইগী দোলাই, দোলাইরেং অমদি থৌগল লাঙ্গল পুম্বা ঙম্নমক অচম্বা ফিজেৎনা থৌগনখিগনি। নিঙথম শমজিল, খুজি তান, মনা ফিগুম্বা বাহোং মতু অমদি পজেং ফিরাল মহৌশাদি তৌনরমদে। লালজাও মতুংদগীদি তৌরে হায়বা য়াই। হায়বদি দোলাইদা শমু থোঙপাক য়াওনরমদে; মচু হৌজিক্তি য়াওনরক্রে।

# অচম্বা ফিজেৎ

লাইগী হকথেংননা থৌগল য়াওগদবা মী খুদিং অঙৌবা ফি ঙাক শেংকনি, হায়বদি নুপাশিংনা ফুরিৎ পুময়াৎ, কৈজোম অঙৌবা মপাল চম্দবা, কোকয়েৎ অমদি য়াওনা। নুপীশিংগীনা পুঙৌ ফনেক লৈ শঙবা অমদি ইন্নফি নমথাং অপাবগুম্বা শেং-ইনগনি। খ্বাংকিদি সলাইগী মচু। দোলাইরেংশিংস্তু অচম্বা ফিজেৎ কৈজোম অমস্তুং ফুরিৎ খ্বাং ককপা নত্রগা লৈ শঙবা। মাইবা মাইবী পেনা অমদি ফমথৌশিং য়াওনা মী পুন্নমক অস্নুম্না অচম্বা ফিশেংনা থৌগলগনি। ঈকৌবগী নঙবা অতৈ মতমদদি শেংপা য়াবা মথৌ লাইদগী মীপুম খুদিং শেংপা য়ারে। য়াবা মথৌ সলাইগী মচুদি খুদমতা ওইরবস্তু য়াওগদবনি। হায়বদি লাইনা শমু থোঙপাক য়াওনা ফমদেংহুনা বাহোং মতু-

নচিংবা থেংগ্রবদি মীয়ামস্তু অপাম্বা ফি সলাই মচু খাওনা শেংকনি নত্রিবমখৈ শেংনদে। হৌজিক মতমদদি সলাই মচু থোইনা চেকশিন্নদ্রে।

## শমু খোঙপাক

শমু খোঙপাক্ন হায়বসি উমং লাইগী কমদেংক্সম মেন ভাংবন ওইনরিবা লী অমস্তুং পন্না ৱাচেংনা শাবা য়েক্সম মওংদা মযুং হাইফেং নাইবা মওংগী পোং অমনি। ইকোয় কোয়বদা মখোঙ লুকমায় মখোঙগুম্না খুপাক অমরোম ৱাংনা পাল্লি। মথক্কী অকোয়বদস্তু ফিবাল খুদোল ২/৩ ৱাংনা হাপপী। মযুংদা খুহপ ২ রোম শাংই। মশা পুম্নমক হায়বদি ফিবান অমদি মখোঙস্তু য়াওনা পরম নাইনা ফজনা শাই।

## হকথেংনবা-থৌগল

দোলাইরেং নত্তবা দোলাইদা খুংনা থেংনা (ফংনা) শোক্লা সেব্‌া ভৌবদি কানথ খাদবা মীদি শুকয়া য়াদে। অমনা কদৌঙ্গেদস্তু কনাস্ত্র দোলাইগী মখাদা লিংকদে।

মতমপুম্বদা লাইনা শমু খোঙপাক্তা নত্রগা দোলাইদা লেঙথোক লেঙশিন ভৌবা খুদিংদা ঈকৌ ঈকুম্বা চংপদা চঙবা মী পুম্নমক চপ মাম্না চংগনি। চমনা খওইগুম্বদা

লেঙখোক লেঙশিন তৌবদদি কিশেংস্থু চম্না শেংকনি। কিজিং চয়াও অমদি থায়াওবগী হিয়োইস্থু য়াওদবা য়াই। খয়াংবদা হিয়াওবা য়াদে। ঈকুম্বা চংপদা ঈকুমকম য়ৌত্রিষৈদা পুঙশেল, পেনা মখোল থোকহদে।

## ঈকৌ ঈকুম্বা

ঈকৌকম ঈশিং খোঙবান য়ৌবদা দোলাইহুদা থৌগল লাঙ্গন চোং পেনচিংবা য়াওনা ঈশিংগা য়াবা মখৈ নক্লনা খোঙবান্দা লৈতাদনা দোলাইরেংশিংনা নিংগাংননা ফমথরগা কট্ট খোংনা থেন্দুনা চাইগনি। নাকল ওইনা খওই পুবস্থু শিংলোমদা মায় ওনশিন্না লা মচেং অমমম মখোঙ অনি- ক্লা নেংতুনা লেপ্লগা লৈগনি। মীয়াম্না মথক্কা মনাক নক্লা রেং অহু কায়দনা লেপ্লগা লৈগনি।

মাইবা নত্ৰগা মাইবী অমনা লৈরাই য়ুখাঙগনি। হায়বদি তোং মাপল অমগা তরেং অমগা য়ুংলগা পুকয়ু হাপকনি, বোক্লচিংবস্থু থাঙদোক্কনি। মথংদা ঈশিং অহুদা সনা মচেং মা লুপা মচেং অমগনা কোনয়াই হুনগনি। মথংদা লারোল হুমদা চেঙ হাপ্লগা কোনয়াই চল্লগা য়েক্লম খিন্দুনা লাংথৈ তোল অহুম্না লৈহুন তমহুনা য়োমলগা অমুক পয়ানা পুন্দুনা ম্লগা খয়োম অনিহু লাক্কনি। হায়বদি লৈথক লৈখা খয়োম াক্কনি। লৈথক্কী খয়োমদি লা উপনা পয়া মাপলনা পুনগনি,

খয়োম লাকপদা হৈরম তরেং, কবোক নাচল তরেং, শিংজু হৈবী য়াম য়াওনা লাকনি। মসি লোইরগা ঈকৌগনি।

ঈকুমগদবা মাইবদি ঈরুপফি অমদি কোকথুমফি ফিরুথুমনা শেংকনি। খওই পুবনা পুরিবা ঈকৌফু (খওই) অদু লৌরগা লারোন অহুম্বা য়োম্বা গুরুগী লৈপোপ মাপল, লাইয়িংথৌগী লৈপোপ মাপল অমদি লাইরেম্বগী লৈপোপ তরেং পুম্না য়োম্বা লৈয়োম য়োম্লিবা লাগী লাতোম্না কুপ্না শেগায়হনা ঈহায়ফুগী মপাল অকোয়বদা লেকথনা য়াম্বহনা শেম্বা ঈহায়ফুদু খুং য়েংনা পায়গনি। ওইনা শরিক অদু মায়খুমফিগা য়াওনা পুম্না পায়শিনগনি। অদুগা ঈশিংদা ফি চোংনা থ্বাং য়ৌনা কুমলগা অহানবদা মায়কৈ তাইগনি; থাংজিং, মাজিং, ৱাংব্রেন অমস্তুং কৌব্রু লাইয়াম পুম্নমকস্তু তাইগনি। অদুদগী লৈহৌরোল লোল্লগা লাইপাও চেনগনি। মথংদা লাইরোল অসি লোইবগা ঈস্থুংবুঙদা লুপকনি। মদুদগী ফাওগংলক্লুনা পুখংলকনি। মসিবু ঈকৌবা কৌরে। অদুগা খওই পুবগী মঙক্রা পুল্লিবা হিগাউফিদুদা হাপকনি। অদুদগী ঈকৌফুদা লৈবা গুরু, লাইয়িংথৌ অমদি লাইরেম্মগী লৈয়োমদগী লৈপোপ লৈনা অমমমনা দোলাইদা কাগনি। অদুগী তুংদা ঈকৌরিবা মাইবদু ঈশিংদা অমুক কুমলগা কংফালদা দোলাই অমদি খওই পুবরোমদা ওনশিন্না লেপলগা খুং অনি শম্না খুজোক্লা ঈশিংদু অহুমলক মাংলোমদা ইস্থোকনি অদুগা খওইদা অহুমলক মথংদা দোলাইদা অহুমলক চাইথংকনি, মসিদা লাই ঈকায়ক্লে।

ঙসাইমখৈ খুকউ থোংনা খুদোংননা লৈরম্বা দোলাই অহু লেংদা থোংলগনি। খংওই পুবস্তু মাগী হান্নগী মকমদা চঙপ্ৰগনি। মাইবা ঈরুপ্লহুস্তু মফি হোংদোক্লগা মাগী মথৌ তৌনবা লাইয়িংথৌ লাইরেম্বা অমদি সেবারোই পরেংদা য়াওপ্ৰগনি।

ঈকৌনবগী ঈশিং খোঙবালদা য়ৌবগা ঈশিং খোঙবালগী থবক মাইবনা হেক হৌবদগী মীয়াম্না খুবাক তাম্বা, পুঙ শেল য়াওনা ঈকৌরোল শরুনি।

পেনা খোংবদি লাইগী থবক খুদিংদা মতম পুম্বদা পেনাতনা হৌগদবনিনা চেকশিন্না কুংনা শেন্নহুনা লৈগনি।

## ঈকৌ-ঈশৈ

( মীয়াম—ইমা-ইবেনশিংনা শকপা )

১

লাইজ ঈথৈ নিংথৌবা,

কোম্দেল নাকথঙ মাইবনা ;

লাইয়িংথৌদে।

২

কোম্দেল নাকথং মাইবনা,

লাইজ ঈরোলশুংহুদা ;

লাইয়িংথৌদে।

৩

লুপা কোলগা থারকলে,
সনা য়াইগা চল্লকলে ;
লাইয়িংথৌদে ।

৪

কোন্দেল নাকথঙ মাইবনা,
খয়োম লাংশঙ লাকলকলে ;
লাইয়িংথৌদে ।

৫

নৈরাইগী চাংজৌ থঙদি,
লফুৎ নৈগা থারক্লে ;
লাইয়িংথৌদে ।

৬

উত্তোংগী নৈগা য়ুংলক্লে,
তরা য়ামগা হৈরক্লে ;
লাইয়িংথৌদে ।

৭

নৈকংকী লাগা থাহনা,
কবোকনৈগা চাইরকলে ;
লাইয়িংথৌদে ।

৮

নৈকুগী য়ুথাঙলকলেদা,

লৈয়াইগী য়ুরাংলকলেদা :
লাইয়িংথৌদে ।

৯
লাইপুংথৌ মাপল তাইরকলে,
লাইনুরা তরেং তাইরকলে ;
লাইয়িংথৌদে ।

১০
কোন্দেলগী নাকথঙ মাইবনা,
চরৈবু কিঙৌ শেংতুনা ;
লাইয়িংথৌদে ।

১১
ঈহাইফু লৈয়োম পায়দুনা.
খুরক সনা লৈগা য়েপ ;
লাইয়িংথৌদে ।

১২
লাইজ ঈরোল সুংদদি,
ঈকুম লৈনা ঈচোংনা ;
লাইয়িংথৌদে ।

১৩
লাইজ ঈমায় থক্তবু,
লৈরাং লৈহন তমদুনা ;
লাইয়িংথৌদে ।

১৪
মায়কৈনা মরি তাইরকলে,
শুংদাই নিপাল তাইরকলে ;
লাইয়িংথৌদে।

১৫
শরিকী চোমজাও পায়তুনা,
খিঙ খিঙ খিঙ পাওথেমলে ;
লাইয়িংথৌদে।

১৬
লৈনুংগী থারুক অশৈবমা,
পেনা নুংওল থাদপম ;
লাইয়িংথৌদে।

১৭
চৈজিং য়েংনা পায়রগা,
শমৈ অনি কারল লাক ;
লাইয়িংথৌদে।

১৮
শমলাং অনি লিয়েংনা,
লিরি লুরু খোংদনা ;
মাকাইরে-দে।

১৯
মদাইরেম পোইরৈ হেনবনা,

চরৈ খওই থুপকিনা ;
লাইয়িংথৌদে।

২০
লৈশেম তরেং খোঙনেংনা,
নোংশেম তরেং থুদানা ;
লাইয়িংথৌদে।

২১
চন্নুরা থমচেং শাবীনা,
শেমপোং মাঙদা থাহ্নুনা ;
ঙাইথেমলে—দে।

২২
লৈরাইগী চাংদোল থক্তুদা,
দোলাই লেংজাও থক্তদি ;
লাইয়িংথৌদে।

২৩
লৈরাং লৈহুন তমহ্নুনা,
চোমলেন ইনচম খান্নবু ;
ঙাইথেমলে-দে।

২৪
তরেংকী মনিল নাইরকলে,
বাংলেন মরাং হৌরকলে ;
লাইয়িংথৌদে।

২৫
কোন্দেল নাকথঙ মাইবনা,
লাইজ ঈরোলনুংদবু ;
ঈরুপলে-দে ।

২৬
কোন্দেল নাকথঙ মাইবনা,
খোয়ম পাওমেন-লুবদি ;
লাইয়িংথোদে ।

২৭
চীংঙুগী খোয়ম লাইনিংথৌ,
লৈরাং লৈতোন তোংহনা ;
ফাওরকলে-দে ।

২৮
মাইকৈনা মরি তাইরকলে,
শুংদাইনা নিপাল তাইরকলে ;
লাইয়িংথোদে ।

২৯
লাইজ ঈরোলপুংদগী,
দোলাই লেংজাও থক্তবু ;
কারসে-দে ।

৩০
দোলাই লেংজাও থক্তদি,
সনা কোন্দুম তাগুয়া,
কমকমসে-দে ।

# ঈকারকপা

ঈকোবা লোইরগা থেন্দুনা লৈবা দোলাইনা খুদোংননা লৈরম্বদগী লেংদা হেক থোংবদগী শঙ্গায় লাইবুঙ উত্রামাংদা লাকপবু ঈকারকপা কৌই।

ঈকারকপসি ঈকোবা লাকপদা লেপখিবা পরেংছুগী মথং মনাও কায়দনা অতুম চৎকনি, থৌগলদা য়াওরিবা মীয়াম্না, মীওই খরনা ( ইমা-ইবেলনা ) শৈহল্লগা ঈকারোন শকনি। পুঙ শেল খুবাক তানথা য়াওনা মরক মরক্তা মাইবনা হিরোইশিংগা লোয়ননা থাম্বাও নত্রগা হিজিং হিরাও শকনি। মাইবীস্থু জগোয় ওকনি।

# ঈকা-ঈশৈ

১

চৌংঙ্ খোয়ম লাম্লিংথো,<br>
থৌরৈদি মপু নিংথোবা ;<br>
লাইনিংথৌ লাইরেম্মা অনিদি।<br>
নিংথিরেদা॥

২

দোলাইগী লেংজাও থক্কুদি,
ফিরাংজি থক্তা ফমকমনা ;
সনা কোন্দুম তাগুম্না ।
কচ্ছরেদা ॥

৩

দোলাইগী লেংজাওথক্কুদি,
শিংজেলগী লৈতোন তোংহনা ;
লৈরাংগী মুংদা তেরকলে ।
লাইয়িংথৌদে ॥

৪

মুমিং অনি থোকুম্বী,
থবানা অনি ভানগুমই ;
শজিক অনি থোকম্বী ।
লাইয়িংথৌদে ॥

৫

ফিরানগী নাম তোম্বনা,
য়াংদৌ মাঙদা থাহনা ;
য়াংদৌ লমদাং শিল্লক্লে ।
লাইয়িংথৌদে ॥

৬

চম্পুরা থমচেং শাবীনা,

য়াংদৌ মাঙবু থাহনা ;
কাকশেল কাগোক পুহনা।
কারকলে-দে ॥

৭
থৌরৈ মপু নিংথৌবা,
দোলাইগী লেংজাও মথক্তা ;
রাইরা লমজাও লমথোকলে।
লাইয়িংথৌদে ॥

৮
লমনুংশি কোংবা লময়েংলে,
দোলাইগী লেংজাও মথক্তা ;
চহুই লৈদি লৈনুংশি।
ফজরে-দে ॥

৯
থোংগলদি মেলৈ লৈস্নানা,
দোলাইগী লেংজাও মথক্তা ;
ফজ-নিংথি লৈতেংলে।
লাইয়িংথৌদে ॥

১০
শিজ কালিকা থুম্লৈমা,
থৌরৈ মপু নিংথৌবা ;
মপুই রাইরা লমথোকলে।
লাইয়িংথৌদে ॥

১১
কোংবা মিংয়েং শাংথৈরে,
মপুই সঙ্গাই নুংঙাইবা ;
সনা সঙ্গাই নিংথিবা।
চঙলসি-দে ।

১২
মপুই রাইবা লমথোকনা,
কোংবা মিংয়েং শাংথৈরুবা ;
সনা সঙ্গাই য়াথোকশঙ ।
পোংথাসি-দে ।

১৩
মপুই কংথৈ মশুমাঙ,
সনাগী সঙ্গাই নুংঙাইবা ;
সনাগী থোঙলেন নিংথিবা।
য়ৌরকলে-দে ।

১৪
মপুই কংথৈ নশুমাঙ,
সনা সঙ্গাই নুংঙাইবা ;
সনাগী থোঙলেন নিংথিবা।
চঙলসি-দে ।

১৫
সনা সঙ্গাই শঙলেনদি,

সনাগী কম্বাল লাংদবু ;
সনা কোন্দুম তাবগুম।
ঙাম্হোইরে-দে।

১৬
লশিংগী প্রভা ত্তিনগুমনা,
কোন কোন লৈনা য়াত্তানা;
কমকম লৈনা পোংথাসে।
লাইয়িংথৌদে।

# থারাও চৈশৈ

মাইবনা —

হো (শাংনা লাউগনি) লাই ইবুধৌ থম্লাংবা, ইবুংঙো ইবেম্মদি, নকুম কুমহোরে. নথা থাহোরে, হরাও শকশেমনা, হরাও মরাঙ হোরে, শাবল লমথোকলে, কোংবা লময়েংলে, পোইরৈ খুনচাউনবা, চাকহোঙ ঙাহোঙনবা, কাওরেল শল্লাই তাদনবা, নমু মীরাই তাদনবা থমলা পাং ········ চঙ্গ চঙৌপাল, তোঙ্-লৈশংপালগী হরাওবদে ········ (শাংনা চিংগনি)।

মীয়াম্বা — হৈ ············ । (শাংনা লাউগনি)।

## হিরাও-ঈশৈ

মাইবনা —

হো ····· ····· লাইবুধৌ ইকুম নিংথৌ লম্মাবা, হিক্ত তেংমায় লেপ্পা হিনাও কাংদোল লেপ্পা, হিবাক শেনবা, হিনম শেনবা, লৈখু খমথেংকরোই, লৈরাই শিংয়েকরোই।

হি ········ হি ····· ·· হায় ········ হায় ········ ।

মীয়াম্না — উ ············ শাংনা লাওগনি।

ঈশৈশিং অসি লমথোকপদস্থু শকনি।

অম্মুম্না ময়াম পুম্নমক পরেং কায়দনা অহুম চৎপগী লোয়ননা ময়াম্না ঈশৈ মাইবনা হিরাও নত্রগা থারাও, মাইবীনা জগোই ওকপা, মীয়াম্নস্থু তাঞ্জা য়েংল য়েংল্লগা খুৎথেক তাম্না য়াওনা মখল মথেল জগোই ঈশৈ য়াওনা থোগনগনি।

দোলাইদা থোগল লাংগন চোঙ পে আলবার পেনা বাঁশীনচিংবা য়াওনা মাইবা মাইবী কয়ানা থোগল তোগনি।

লাইবুঙ উত্রামাঙ স্নোবদা য়াথোকশঙ মমাঙদা দোলাই লেংদগী থাগনি। দোলাই লৈতাবা য়াদে। দোলাই মখোঙ খুদিংদা লাচেং অমমম থাগনি। ময়াই মপাদা অউপ্পা লাথা অমা।

মতম পুম্বদা লাইনা কমদেংগদবা মকম খুদিংস্থু চুপখোঙ

মহিরিগী লাথা লোংনা অত্থুগা ময়াই মপাদা চনিং লাথা উপনা থাবা অসি শোয়বা য়াদে।

## মৈ ওকপা অমসুং অনম অহা কোকপা

লাইনা লাইশুমাঙ য়োম্থুনা দোলাই থাবগা মাইবনা মথংদা উত্রামাঙগী চীংখৈদা লৈবা মৈশেং অত্থুনা মৈ ওক্কনি অত্থুদগী অনম অহা কোকথোক্কনি অদুগা য়াথোকশঙ অমদি খাংপোকশঙসু কোনয়াই হুনগনি।

লোইরগা নীংথিনা শেম শারবা য়াথোকশঙগী মেন্দা শমু খোঙপাক্কী মথক্তা লাই লেঙশিনগনি। লাইনা ফমদেং-গ্রবদগী ফমথো অমসুং মীয়ামসু মাগী মাগী মফমদা ফম্বা য়ারে।

## শরেন

পুম্নমক পোথাত্থুনা মফম মফমদা লৈরবা মতমদা মাইবনা লাইদা শরেন লুক কৎকনি।

## লৈরাংগনি

লাইনা ফমদেংলগা শরেন লুকলেন ফংগ্রবা তুংদা লৈরোই হঞ্জবনা অথেমপোং হৈরুক্কা লোয়ননা ঙাইত্থুনা লৈরম্বদগী

মাইবনা লাইদা হঙ্গংলগা অহানবদা মুংকাম্লিদু ইবুংঙো ইবেম্মা য়েং ওই কায়দনা খোনগনি। মথংদা লৈশং অমদি শংলৈবনচিংবা লৈ-খোঙজোম পুম্নমক লাংনা য়াওনা খোনগনি।

## লমলানবা

মতম পুম্বদা লাইগী থৌগল্লোয়শিংগী পরেং লেংলিবগী মরক খায়বা অমদি লাইগী তাংবল অমম্তুং দোলাইগা থৌগল্লোয়গী পরেংগগী মরক্তা থংনা লাম্থোক লানশিন তৌবগুম্বা কৈদৌঙৈদম্তু য়াদে। মতুবুনি লাই লমলানবা হায়বসি। করিগুম্বা লাল্লুরবদি লাইদা হৈরুক কানৈ।

অস্তুম্না লৈরোই হঞ্জবনা লৈলাংগ্রবা মতুংদদি মীয়ামস্তু মানা মানা কংনিংবা হৈ লৈ কংপা য়ারে অমম্তুং লাইগী লৈমনস্তু মীয়ামদা য়েম্থোক্লগনি।

## জগোয় ওক্কনি

মাইবীনা মপুগী নিংখলদগী ওইবা শক্তমনা মপুগী থোয়া থৌপাঙববু ওইবা জগোয় ওক্কনি।

লৈরোই হঞ্জবনা মপুগী নিংখলনা ওইবা মপু মাগী লাংওননা তাইবঙবু ওইনবা লাঙজববু কংচবা জগোয় কংকনি।

মতম অসিদা মীয়াম্না পুঙ শেল পেনা বাঁশী য়াওনা ঈশৈ শক্কনি (নুপীশিংনা)।

## লৈরাং-চৈশৈ

হো লৈরাংবা,
পাখং কনানা লাংবনো
লৈথুংদেদা ।
পাখং ঐনা লাংদেনো,
লাইনিংথৌ নোংপোক নহানা
লাংবনি-দে ।
শিঙেল করি লৈনোনে,
লৈরাং মাগী লৈশকপু
খঙনিংই-দে ।
লাইয়িংথৌগী লাংবদি,
চকপী উচান সননলৈ, চৌংয়া পামশা
লাংনালৈদে ।
শঙ্খ তেকচাক লৈশংলৈ, খৌঙ্খ নুংকাৰৈবু
লাংবনি-দে ।
লাইরেম্বীগী লাংবদি
কুশুম সনা শমজিরৈ চুবাই নাপ চোমাইদি
খরাক লৈবু লাংলকই-দে ।

## থাংপোক জগোয়্

খুলগী মকোক ওইবা অহল মতৈ-মনাও, নত্রগা লাইশঙবা লাইশঙবী ( লাইশেলুংবা - শেলুংবী ) অনি পুন্না শামিন্নবা জগোয়নি ।

নুপানা খুত্থম উৎপা, নুপীনা কেনা শাবনি। হায়বদি মপুনা ফোঙবিরিবা তাইবঙগী পোরমদি পী-পাগী শক্তমনি মাথুদা পাগী নুপা খোকপা মথৌদা শুমহৎচাওবী পীনা (মহোশানা) য়ৈথায়বথুদগী লানথোক্লুনা অপূনবা পী-পাগী অচুম্বা অরেপ্পা অথুবন তাইবংবু ওইহনা মপুগী থৌরমদা মহৈ য়ানবান হায়বা উৎনা শাবা ফুঙ্গারেল জগোয় কৌবা থাংপোক জগোয় শাই।

## লাই খুরুম্বা

পুম্নমকাসগী মতুংদা মাইবনা লাইরোল থেললোন শোন্দুনা মীয়াম পুম্নমক পুন্না লাই খুরুমগনি।

## কম্মাংথৌগল

পেনানা ইবুংঙো ইবেম্মগী মতিক মহাইনচিংবা লাইরোল থেল্লোম্নচিংবা থাহনা মপু মাগী নিংথিবা খুৎশেম তাইবং অমদি মপুগী লাংওন্দগী মৈন রাই তাংনা শমনা পী-পা

নাইববু থৌশিল থৌরাংলিবা নিংথিবা মাগী থৌশিলবু শিংথাড়ুনা শৈশকপান। লৈরোল নোংলোন অমদি মাগী খুৎশেম্না তাইবংম্ভ ওইবনি হায়বনচিংবা মপুগী মতিকস্ভ শোঞ্জবা থৌগল্লি।

চাকলোলগুম্নতা কৎপা নত্তবা ন্মিং শাংথনা হয়াও পৌরম চৎখবা তারবদি ফম্মাং খোগল আস শাংথনা খাংজিংদগী হৌনা লাইবুঙথৌ অমাদ লাইন্নুরাশিং পুম্নমকপুস্ভ থৌগলগনি।

## শাঙ্লোন শঙ্গাইদা লেঙশিনগনি

লেঙশিনবসিদা লাইশঙ্বীনা (শেলুংবীন) শমু খোঙপাক য়াওনা কোকথোং পুথনা লেঙগনি। মীয়াম থৌগল লাঙ্গল শুনা চোঙ, পে, লাইপোং, অয়ৈ, অখোং, অশেবা হিয়োই অমদি থাবাওবা শুনা য়াওগান। পুম্নমক মাগী মাগী মথৌ তৌগনি। লেঙশিল্লগা শমু খোঙপাক য়াওনা মেন তাংবন্দা কমদেংগ্রবদা মীয়াম্না মান মান পায়বা পোৎ থুদিং থমফমদা থম্নদা য়াম্না চেকশিন্না থকশি খাশি কায়দনা থমগনি: অথঙ অহৈনা তাকপা মফমদা।

## লুক কৎকনি

লেঙশিন্দুনা লৈরবা মতমদা মাইবনা চাকলুক লুক শেমথুনা কৎকনি

## নাওথেমলোন থৌগনগনি

শগুলেন্দা লেঙশিল্লবা তুংদা চবালফুনচিংবা লুক কংলবদা লাইমাঙদা হৌনবী থেনবা য়াবা শুনা লাঙহুনা লৈতেংলগা পেনা কম্মাং থৌগল নাওথেমলোল শকনি। মসিদা মপুগী লৈশেম্না ওইরবা তাইবং অসিমক মপু মাগী মঙালনি হায়ববু মথল মথেলনা লৈশি লৈথোল থৌগল তৌনা মীংখৈরোলবু (লাইরোল) শিঙথাগনি।

## নাওশুমলোন

পেনানা মপুগী তাইবঙদি মপু মাগী শেম্বী-শাবী নাওকোন্না থম্বীবনি হায়বা শিঙথানা নাওয়োমলোন নাওশুম থৌগলগনি। অস্নুম্না লাইথৌ নুমিংকী থবক লোইশিনগনি।

পেনাখোংবগী পেনা অসি লাইহৌদগী লাইরোই ফাওবা চৈজিংহু মকোক্কগী শংতোকপা য়াদে, লাইবুঙগী সেবা অয়াম্বা পেনানা পূম্নমক তৌগনি। তঙাইফদনা পুম্নমক ঙমন্দ্রবস্নু লাইবুঙ পুরিবা পেনা হঞ্জবগী অহুদি মসি ঙাকহুবা য়াদে। মরমদি পেনাসি লাইবুঙ অমদি মপু মাগী খোয়দৌ লকানি, অহুনা পেনা চৈজিং শংপদি খোয়দৌ ফুকপগা মান্নে হায়না লৌনৈ।

লাইহৌবদগী পেনা হঞ্জবা, মাইবা, মাইবী অমদি মীওই থরা য়াওনা মী ৫/৬ তগী তাদনা লাইবুঙদা য়ারেক্কুনা লৈগনি।

হায়বদি ঈকৌবা নুমিৎসিদগী শাংথনা হরাও থৌরম পাঙথোকদবা ওইরবদি মথক্কী অসি ঙাক্নি হায়বনি। নত্তনা ঈকৌবা নুমিত্তা লোইশিনগ্রবদি লোইশিনগ্রে।

# লাইহৌ মতুং নোংঙাল্লগা

অমুক।

## য়াকায়রোল

নোংঙাল্লকপা চিংথৈ লাকপদগী পেনাসা য়াকৈগনি। মসিদা মপুগী তাইবংদা মপুনা ফোংবীরিবা তাইবং লিচৎপু শৈথানা মপুগী মঙনবু শিঙথা লৈশি লৈথোন শৈথাগনি।

## লাই চাইথগনি

মাইবনা লাই ঈরু-ঈচাইথ শেংদোক্নি।

## য়াথোকশঙদা লেঙথোক্নি

লাই শেলুংবী (লাইশঙবীনা) শমু খোংপাক্না লোয়ননা ফৈজা শানা কোকথোং পুনা থোগল লাঙ্গল শুনা লেঙশিনবদা তৌবগুম্না লেঙথোকপদস্থু অমত্তা কায়দনা তৌগনি। অতুগা য়াথোকশঙগী মেন মথক্তা নিংথিনা ফমদেংতুনা লৈত্তেংগনি। শমু খোঙপাক য়াওনা, মেনগী চুপথোং অমদি চনিঙ থাগনি।

থৌগল চংগদবা থুদিং ঈরু-ঈচাইথ ফিগেং শেং অমদি নাহায়থোক্লগা চংগনি।

## লাইপোং অমদি হৈথা লৈথা

লাইমাংদা হৌনবী লাইপোং শুনা থেনগনি। লোযনমা হৈথা লৈথা অমদি চোঙ পে আলনার ফিরালনচিংবা পুম্না মকম মকমদা শেম শাহনা থোনগনি।

## ফম্মাং থৌগল

পেনা লাইরোন থেল্লোল ইবুংঙো ইবেম্মগী মতিক মগাই শৈথা থৌগনগনি। মথং মথং থাওপোক থৌগন থাংজিংদগী হৌনা লাইশিংগী থৌগনস্থ তৌগনি।

## লুকলেন কৎকনি

কবোক হৈবোক অথুম অহাও মথল মথেল লুক কৎকনি: চুপখোংনচিংবা পুম্নক য়াওনা শুনা।

চাক লাউগনি — মাইবনা।

লাইপাউ চেনগনি — মাইবীনা।

লুকলেন চাক কংকনি — মাইবনা।

লাইখুরুমগনি – মাইবনা লাইরোল থেল্লোন শোন্দুনা লাইখুরুম্বগী থবক মীয়ামগা লোয়ননা পাঙথোকনি।

অম্সুম্না অয়ুক্কী খোরম লোইশিনগনি।

নুংথিল –।

ফমথোশিং অমদি মীয়াম পুম্নমক শুনা কারক্লগা অয়ুক্কী কংলম্বা পুম্বা শেংদোক খোংতোক্লগা নোংঙৌনা অমুক হৌনবী শুনা শেম-শা লৈতেংহুনা থেনগনি। লোইননা হৈ-লৈ লঙ্কোই সঙ্তংনচিংবা অপেমপোৎ য়াওনা ফজনা শেম শানা লাইমাংদা থেনগনি, লোইননা লৈ লাংগনি।

## লৈ-লাংবা

লৈরোই হঞ্জবনা ঙরাংগী লাইহৌদা লৈ লাংথ্রবা তুংসিদদি হৌনবী নোংমগী অয়ুক নুংথিলগী হরাওরিবৈঙে মপুংদদি মাইবনা নল্লগা সেবারোই অমনা ইয়া য়ারে।

## লাইহৌ-

মপুগী তাংলবা মিংলেনবু থিননবা উমং লাই হরাওববু হৌরগনি। হায়বদি মপুগী নিঙখলবু "অশিবনা" পাঙথিবা থোপাঙবু হকচাংনা নোমনা খুংনা খোঙনা জগোয় শানা, চিন্না শকশোল অমদি থবক্কী মওং মতৌ অমস্থং ফমফম অমদি

পোৎলমনচিংবা মথল-মখেলনা ফোংদোকপা থৌদোগী থৌপাগুগা লোইননা মপুগী মগুল ময়াই থাবগা লোইননা শান্নবা — লাই হরাওববু হৌরগনি।

## লমকুমলৈ ওকপা

লাইগী হকথেংনবা থৌগল চঙগদবা পেনা মাইবা মাইবী অমদি লাই পুবা অমস্তুং থৌগলগী পোৎলম পুগদবশিং য়াওনা ফমথৌশিং শুরবদা অমস্তুং পোৎলমশিং রাত্রবদা মীয়ামনু মাগী মাগী শেম শানবা নিংশিংগনি। মথংদা লাই শেলুংবনা (লাই-শঙবনা) মাইবা মাইবী, পেনা অমদি ফমথৌশিং লোইননা মীয়ামগী শেম শাবা লোইরবদা থৌপুদা (খুল্লাকপদা) নিং-শিংলগা থৌপুনা লাইথৌ হরাওবা হৌনবা য়াথংবু পিরবদা লাই শেলুংবনা নত্রগা মাইবা হঞ্জবনা লাইয়িংথৌ লাইরেম্বাদগী থৌপু অমদি ফমথৌশিং মথংশিংনা পেনা মাইবা মাইবী অমস্তুং মীয়ামদা হৌজরগে তাকপগী ওইনা মথং মথং খুরুমনা লম-কুমলৈ ওকনি। লাইগী মথংদা অহানবদা থৌপু (খুল্লাকপা) লৈ ওকদবনি।

## লাইহোৌগী মওং

য়াওগদবা মীয়াম পুম্নমক পরেং অনিদা মথং মথং অমগী তুংদা অমা লেপকনি, লেপ্লদি মাঙ থংবনা উত্রামাঙহৃদা ওই ওইননা কোয়না চৎনবা মওংদা মায়ওন্না থ্বাইগী মাঙ থারহুনা

লাইমাঙ মপাদগী হৌনা লাইনিংথৌগীনা য়েৎ লাইরেম্বীগীনা ওই থংনা লেপকনি। মাইবনা য়েৎ মাইবীনা ঙইদা মাঙ চিংগনি। অনিগী মরক্তা পেনাম্মু মাঙ থানা লৈগনি। অতৈনা ভুংদা মথং মথং লেংথগনি — য়েৎ ওই কায়দনা। পেনা, পুঙ-শেল, অরৈ-অখোংশিং ময়াইদা (লাইশুমাং)।

হায়বদি খ্বাইগী মাঙদা মাইবা মাইবী পেনা লাইনিংথৌ-গীনা য়েৎ থংলগা মথংদা লম্বাথাং পুবা মাইবা অনি মথংদা থৌগনথাং পুবা মাইবা অনি (নত্রগা লুপা) মথংদা ফিবুল, মথংদা শেনখা, মথংদা চোঙ, মথংদা খওই. মথংদা হুমাই, মথংদা চোঙ, মথংদা ফিদা অস্সুম্না মথং মথং লেংথগনি। অস্সুম্না মীয়াম্না মাগী মাগী লেপফমদা লেঙদনা অতৈ য়াওগদবা পুম্বা ভুংলোমদা মথং মথং লেপ্পুনা ভুমিন্না ঙাইহনা লৈগনি।

## লাইহৌ-

মাইবী (লমইন)—

খওই পুবনা মখোঙ অনিমক লাচেৎ অমমমগী মথক্তা লাইমাঙদা চঙলগা লেপকনি, পেনা অমস্তুং মাইবীশিংস্তু য়াওনা মীয়ামগী পরেং লেপপদা য়াওব্রিরৈঙদা। অহনগী অহানবদা পেনানা লমইন খোংলগা পেনাগী ঈহুন য়েংলগা মাইবীনা জগোয় হৌহনা ওকনি।

মাইবা মাইবী (পিবারেল)—

মাইবা মাইবী নত্রগা লাইশঙবা লাইশঙবী অনি পুম্না পিবারেল জগোয় ৰংকনি।

## হোয় শকোক

উত্ৰামাওগী মচি অমদা মাইবা অমনা মী মঙা তরাগা লোয়ননা হোয় শকোক লাওগনি। হৌ....হো....হোই ....হ....হা ....হা....। নচিংবা শক্তুনা।

# লাইপোলা

মাইবীনা লাইপো নাওয়োম লৈজুল তমগনি। হায়বদি উত্ৰামাওগী ময়াইদা রাই তৈরগা লাতোন অহুম লোনবা লাগী মথক্তা ফিথুপ অহুম্না থুপ্না ফিগী মথক্তা লাংথৈ মতোন অহুমগা লোয়ননা মায়কৈগী লৈহুন অমস্তুং শাখায় লৈহুন য়াওনা লাইপো তাংবনতু মাইবীনা পায়রগা মফমতুদা লেপলগা মায়কৈ পুবা লাই থাংজিং, মারজিং, রাংব্ৰেন অমস্তু কৌব্রুদা হায়বদি যণ-থোঙ, চিংখৈ, মৈরম অমস্তুং কৌব্রু মায়কৈ মথংশিংনা ওন্দুনা কংকনি। অরোইবদা হরাওরিবা লাইরোমদা ওনশিন্দুনা কংকনি। অহুদগী তাংবলতু রাই তৈরিবতুদা থমগনি। (মমাঙথৈদদি লাইগী তাংবল মথাদা নব্ৰগা মনাক্তা থারম্মী লমথোক্লগা দোলাই মথাদা)। হায়বদি মৈ, ঈশিং, মুংশিং তরঙ গুণ অহুম হায়-বদি মঙাং, লুরাং, খুমন অমদি পোকপা, হিংবা, শিবা অমস্তুং ওইথ্রবা, ওইরিবা, ওইরক্কদবা অহুমগী মশকপু তম্না কোরৌ হনবা নুমিৎ কৌবা লাইবু শক্তম লৌনা নাওয়োম লৈহুন তম্লিবা লাইপো তাংবলবু থারগনি।

তাংবলসি থাগ্রবদি লাইবুঙগী ময়াইদা চঙবদা লাইপৌ তাংবনগা হয়াওরিবা লাইনী তাংবলগা অনীনী মরক খায়না চংপা অমদি লাইপৌ য়াওরিবা মীয়ামগী মরক খায়না চংপা চঙবা য়াগ্রে। লমলানবা কৌরে। চুম্ভা নঙনা মথংদা পেনানা লাইহৌ হোইরৌ লাওরিঙৈদা খোগল য়াওরিবশিং অমদি মীয়াম ফাওবা লেঙদনা লৈগদবনি। মসিদি য়াম্না চেংনা, কন্না কিনা ঙাক্লরকই।

## খঙই-লৈছন অমত্তুং থুরকলে

লাইমাঙদা লেপলিবা খওই পুবহুদা লাইগী লৈছন লৈদগী ওই-য়েং কায়দনা লৈকা অমমম লোথোক্লগা থুদৈ মচা অমমমদা লাইয়িংথৌ লাইরেম্মা য়েং-ওই চুম্না পুল্লগা মঙক্তা পুনবীগনি।

মাইবীশিংনা নাওয়োম তাংবলগী লাখায় লৈছন তম্লিবহুদগী লৈপোপ লৌরগা থুরকলে হাপ্না য়েপকনি। হায়বদি মপুগী শক্তম ওইরিবা লৈছন লাংথে়্না লাইয়িংথৌ লাইরেম্মগী শক্তমবু লেপ্পা খওই পুবনা খওই লৈছনবু য়াঙবগী মওংদা ঙকশমদা পুন্দুনা য়ানগনি।

অতুগা মপুগী তাইবং শনথবা অমদি লাংওলনা শায়কমগী ওইবা মকম মশকপু তাকপা অমদি লীথুনবু উংনা তমলিবা লাংথে়্না মপুগী লাংওন তম্ফা লৈরিক্তা শক্তম ওইববু থোয়া শক্তম লোনা মাইবীনা তম্ফা মৈরিকপু য়াজবগী মওংহু থুরক্তা য়েপ্পনা উংতুনা থুরকলৈ য়েপকনি।

খুরকলৈ হাপ্পা লোইরগা লাইমাঙদা চঙহনা লাইপুবগী মাঙদা চঙহনা মাইবী মকোক লাইরিংথোগী মপাদা মথংনা লাইরেম্বীগী মপাদা মাঙদা লাইহৌ জগোয় হৌনবা ভোগনি।

## লাইহৌ জগোয়

খুরকলৈ য়েপলবা মাইবীনা লাইদা মায় ওনশিল্লুনা নোম্বনা লাই খুরুমগনি। হৌগৎলকপদা লৈপেক জগোয়না হৌগৎলগা লৈপেক জগোয় শাগনি। মথংদা খুবাক জগোয় ৩/৩ লক শারগা খুবাক অহুমলক খুরগা খুরিবা খুবাক্না লাইদা উংনা (ওনশিল্লা) খুবাক অহু য়াম্না ঈংনা কজনা উং-লমলগা হোইরৌ হোয়া জগোয় অহুমলক শাগনি। মহু লোইরগা লৈত্তাই নোংদাই জগোয় শাগনি। মথংদা ফিবুল জগোয় শাগনি। মথংদা খুতুম জগোয় শাগনি। মসিগী মথংদা মখল মথেলগী খুংকী জগোয় শাগনি। অরোইবদা খুজেং জগোয়না লোইশিনগনি, অহুগা খুরুমগনি। মতমসিদা পেনানা লৈত্তাই নোংদাইরোল খোংগনি। হায়বদি মসিনা মপুগী ভাইবঙদি পী-পানা ওইবনি অনৌগী লাংওন থোশিন্দা মপু মঙোন্দগী হোইদোকনা কোরয়াবনি হায়ববু উৎপনি।

মথংদা লাইপুবস্ত মাগী মফমদা হুমাই পুবীগী মতুংদা অহুগা মাইবীনা থাংগী মাঙদা য়েৎ-ওই কায়দনা চঙহনা মীয়াম পরেং লেপলিবহুদা লেপ্পা য়াওগনি।

## লাইপো (অনোয়রোল)

পেনানা অহানবদা হোইরৌ লাওগনি। পেনা খোংবনা লাইপোলা থারিবা অহুগী মনাক্তা মপা চানা লাইপোলানা মাঙদা লৈনা লাইরোমদা ওনশিন্নুনা হোইরৌ হয়া লাওগনি।

মতম অসিদা লাইপোদা য়াওরিবা মীপুম্বা লেঙবা য়াদে মাইবীনা খয়োম জগোয়দা মখুং মখোঙ লেঙদনা লৈগনি। খুরক লৈদি মতম পুম্বদা তাহনবা য়াদে। ফমথোশিং অমদি মীয়ামস্থু লেঙনদে। মপান্দগীস্থু চঙনদে।

পেনা শকপনা "হয়িঙৈদা নোয়বদি মৈনা রাইনা নোয়য়ে হে তাংনা শমঙৈগী নোয়য়ে" হেক য়োরকপদগী লেঙবা য়ারে মপান্দগীস্থু চঙবা য়ারে, মতমসিদা পরেং অনীদা লৈরিবা লাইপো য়াওবশিংদি খোঙফমদি লেঙদনা জগোয় হৌগনি।

পেনানা হোইরৌ লোইবদগী অনোয়রোল শকনি। মীয়ামস্থু অনোয়রোল জগোয় খুংথেক শাগনি। মাইবীনা হকচাং শাগৎকনি।

হায়বদি মপুদগী মপুগী থৌরম তাইবঙবু হোইদোক হৌদোকপবু শৈখা-লৈশি-লৈখোননা থৌপাঙববু উৎপনি। হায়বদি মপুগী তাইবঙদা মিংনা উনা অমদি খঙনা মতম অহুমগী শক্তম লৌনা ওইরিবা অমদি তৌরিবা থৌওং মৈনা রাইনা তাংনা শমনা ওইরকপদি পুকনিং তুজুং মুংশি মুংওল হরাওনা মপু মাগী মিংথৈরোল শকশোলগনি। অমদি জগোয় খুংথেক

লোয়না মপুগী মঙ্গলবু শিংথাগনি। মপুগী কুবী-খৌশিন্না পাওখোক্লুনা ওইরকপা, ওইরিবা অমদি ওইরক্কদবা কয়া খুংনা, খোঙনা, হকচাংনা. চীন্না, থবক খৌওংনা অমম্বুং পোংশকুকা লোয়ননা মথল মথেল শিংথাহুনা ইন্নুংলোনগী অথুপপা কয়া উংনা শান্নগনি। পুন্নমক অসিগী লোয়ননা পুক্লৌং নিংথি নৈতানা ৱারক্লনথা ৱাথল লমজিং পীবা "ৱাকোল লাওবা" হায়বা মশান্ন অমু শান্নবা হৌরে।

অহানবদা অনোয়রোলগী, ভাইবঙ চাতা-নাউতা খুংথেক ৩৪ দগীনা ৩৫৪ নচিংবা শান্নগনি। মথংদা পেনা শৈরোলদা শন্না-নশিতা লাকপদগী খুবাক তান্না য়াওনা শান্নগনি। মথংদা খুমশাবা, লোয়ানবা, উ-ৱা নাপীশিঙবী শেস্বদগী মহৈমরোং অমদি জীব পুস্বা পেনা শৈরোলনা শৈথাহুনা উত্রামাঙ হরাও পুঙদা পুন্নমক (কৌনা) ভিল্লরবদা হায়বদি ভাইবঙ মপুঙ কারবদা ৱাকোল লাওগনি।

হায়বদি পেনানা অনোয়রোল মাইবীনা লাইপৌ খুংথেকুচিংনা লোইরকপদা পেনা লাইরোল শৈশক তারক্লুনা নীরাম্না খুংথেক জগোয় শাই।

---

<u>খুংথেক জগোর ঈশৈ। (মীয়ামন্থ খুন্মী)।</u>

১
চৌংগু্ খোয়ম লাম্বিংথৌ,
চৌংগু্ খোয়ম লাবিংথৌ ;
চৌংগু্-দি খোয়ম লাম্বিংথৌ।
লাম্বিংথৌ ককচিং খম্লাংবা,
লাম্বিং-থৌ ককচিং খম্লাংবা ;
লাম্বিং-থৌদি ককচিং খম্লাংবা।

২
ইবুথৌ ককচিং খম্লাংবা,
সনা হেদিং পাখংবা।

৩
খোংদাই অহুম অশুপ্পা,
ভুবী তরেংপু্ হিগুম্বা।

৪
লারথিয়াংবু্ থেক্লা থেংতম্বা,
ভুবী চাকোক পুম্বরু্।

৫
পোনশেনবীবা লাম্বিংথৌ,
লাম্বিংথৌ ককচিং খম্লাংবা।

৬
চৌংগু্ খোয়ম লাম্বিংথৌ,
কদেং য়োংপু্ য়োংমাবা।

৭

কদেং য়োংত্তেক য়োংশম্বা,
থাঙলেল ময়া তারগা ।

৮

থাঙলেল ময়া তোম্নীবা,
থৌরৈ মপু লায়িংথৌ ।

৯

চীংঙু খোয়ম লায়িংথৌ,
ইবুধৌ ককচিং থম্নাংবা ।

১০

কোক্লেল মরু ওইরিবা,
অঙাল য়াই মরু ওইরিবা ।

১১

কোক্লেল য়াইফ মরুনি,
লাঙ্গোয় শয়াং থঙ্কবু ।

১২

লাঙ্গোয় নপ্পা ফমদেংবা,
খোঙনেং খোঙদা লায়িংথৌ ।

১৩

সয়াং পাঙুম লায়িংথৌ,
চিরোং হুমিং কোয়েংনি ।

১৪

থাজ চিরোংনা তোলোকনি,
শজিক থাবা থানককনি।

১৫

অপাল অরং ফুরিংনি,
মায়কৈ মায়কৈন চরৈনি।

১৬

কারন কারম্না লৈতেংনি,
ওইনা চুপলি চেংন পায়।

১৭

য়েংনা কাংজৈ কাংদ্রুমদি,
খুজুম চেংনা পায়রিবা।

১৮

থমজুং পোংবু পনঙাকপী,
তাইবং পোংবু পজেলিবা।

১৯

পনঙাক পজেল লায়িংথৌ,
নিংবা নিংবা পনশানি।

পরেং খুদিংগী অছমলক শকনি। য়াম্না ইংনা তপ্পা মোং হাদনা কজনা মীয়াম পুম্নমক পুঙ শেন পেনা বাঁশী য়াওনা শাবা জগোয়নি।

খুংথেক জগোয়দা

খুবাক তাম্বা ঈশৈ। (মীয়ামম্ব থুম্মী)।

চকপ হৈক্রু মখোংদা
সয়ানসিদা,
খোংনাং হৈক্রেং মখোংদা
সয়ানসিদা,
চীংঙ্ খোয়ম লায়িংখৌ
সয়ানসিদা
চীংঙ্ খোয়ম লায়িংখৌ
সয়ানসিদা।

অম্বম্বা লাইরোল মথং মথং শকথগনি, সয়ানসিদাদা খুবাক থাগনি। অম্বম অম্বম থুজিল্লকপদা খুবাক থাবসি রাহৈ খুদিংগী থায়ক্লুনা মীয়ামগী ইনিন কল্লকপদা রাকোল লাওগনি।

রাকোল ও রাকোল ও,
রাকোল কাশে লিকাশে;
রাকোল লিকাশে।

ভমদা পাইবা রাকোলনা
চীংদা পাইগে হায়রেনো;
চীংদা পাইবা রাকোলনা,
ভমদা পাইগে হায়রেনো'

ঘ্বাকোলও ব্বাকোলও,
ঘ্বাকোলন ফাশে লিকাসে ;
ব্বাকোল লিফাশে।

তমদা পাইবা ব্বাহোংনা,
চৌংদা পাইগে হায়রেনো
চৌংদা পাইবা ব্বাহোংনা
তমদা পাইগে হায়রেনো।

ঘ্বাকোলও ব্বাকোলও,
ঘ্বাকোলন ফাশে লিফাশে ;
ঘ্বাকোল লিফাশে।

তমদা পাইবা ব্বাইন্নুনা,
চৌংদা পাইগে হায়রেনো ;
চৌংদা পাইবা ব্বাইন্নুনা
তমদা পাইগে হায়রেনো।

ঘ্বাকোলও ব্বাকোলও,
ঘ্বাকোলন ফাশে লিফাশে ;
ঘ্বাকোল লিফাশে।

হায়—ব্বাকোল লিকাকা, লিফাকা ;
হায়—ব্বাকোল কনোই নোই ;
হায়—কনোই নোই কনোই নোই।

তপ্লস্বদগী ঋাম্না থুজিল্লকপদদি মথাগী অসি শক্লগা থাগনি।
লেঙ, লেঙ লেঙহৌ লেঙহৌ লেঙ, লেঙ, লেঙ লেঙ লেঙ .... ।

লেঙহৌ লেঙহৌ লেঙ লেঙ লেঙ লেঙ লেঙহৌ লেঙহৌ লেঙ লেং
লেঙহৌ লেঙহৌ লেঙ লেঙ লেঙ লেঙ লেঙ লেঙ ···· লেঙ।

থরাইমি খোনগনি। (লোংখোনবা)

শান্নরিবা লাইগী থরাইবু খোনজিন্ন কোনশিনবা কেংবা কন্তববু ঙাকথোক্লগা অকববু খোমজিন কোনশিনববু শান্নগনি। মতাং অসি লোইবদগীদি লাইপৌ লোইরে। মীয়ামস্থু মাগী মাগী পোংশিং মক্ষমদা থম্লগনি—লাইমাঙদা। অত্থদগী মান মানা হৈজবা মথলগী জংগোয়নচিংবা মথল মথেল কংচগনি।

চুপখোঙ নোয়গনি। (পানথোইবী রাকোন নোয়গনি।)

দোলাইরেং মরিনা চোঙ অমমম পায়রগা ইন্নকি অঙৌবা অহনবা ফিশেং অমনা উত্রামাঙগী ময়ায়দা পাকনা ক্ষিংথোক্লনা চোঙনা মখোঙ ওইরগা ফিশঙ অমা থম্লগনি। মত্থগী মথক্তা লাইপৌ তাংবলদগী লাইপৌ নাউয়োম লৈহুন্দূ তাংবলগী ফিগা য়াওনা ফিশঙগী ফি মথক্তা ময়ায়দা হাপ্লগা লেঙদনবা মখা-য়োমদগী য়োমথংলগা লং অমনা চেংনা পুনগনি। মস্থুম্বা শেম্বা লোইরগা মাইবী অনীনা অমনা শেঙ্গাদগী ফিবুল অনীথু লোক্লগনি। অত্থগা ফিশঙগী মথক্তা হাপকনি। অতোপ্পা মাইবী অমনা ঈহাইফুত্থু মেন তাংবলদগী লোথোক্লহুনা ফৈশা শারগা কোকথোং পুহুনা মাইবা অমনা মাঙচিংলগা জগোয়

শানা শান চুপখোঙ লিংকান। লম্বা থাঙ পায়বা মী, মাইবা অনী, লাইথাঙ পায়বা মাইবা অনী, থোগল য়াওনা পুঙ শেল পেনা শুনা য়াওনা শান্নগনি। মথংদা লাইয়িংথৌ লাই-রেম্বীগী শক্তম লৌনা মাইবী অনী খা ব্রাংদা ঙাইহুনা লৈরিবহুনা ফিশঙ মথক্কী ফিবুলবু অওক অথোং শান্নবা চোঙখোঙ লিংকনি। হায়বদি মপুগী শক্তম ওইরবা ঈহাইফুনা মপু মাগী খুংশেন্না ওইরিবা খোয়দৌ পাফলগী চুপখোঙ মরিদগী ওইরকপা তাইবঙ চাদা নাওতাববু মওং মতৌ মকম মতম অমদি খোঙচংপু উংনা শান্নবনি। লোয়ননা লায়িংথৌ লাইরেম্বীগী শক্তম পী-পা মাইবী অনীনা ফিবুল অওক অথোং শান্নবদি মপুগী পাফলদা খোয়দৌ থম্বালগী লৈহী ওইবী ফম্বীনা শান্নবহুগী মওংবু উংনা শান্নবনি।

হায়বদি তাইবঙদি পী-পা অনীগী পাফলদা খোইদৌ থম্বালগী লৈহী ওইবী ফম্বীনা শান্নহুনা মথং মথং চাদা নাউতা-ববু ওইবনি তাকপনি।

মতমসিদা ঈহাইফু পুবী অমদি থোগল মাইবা মরিদি চুপখোঙগী মপান্দা শান্নগনি।

লোইরকপদা নাওয়োমহু লাইদা কংকনি। ফিবুল অমস্তুং ঈহাইফু মকম মকমদা চোঙখোঙদি লেঙদনা লৈখিগনি; খল্লিবা ফিশেংস্তু লেঙদনা লৈখিগনি।

জগোয় শাবা অমদি চোঙখোঙ লিংপা খুদিং ওই ওইননা ঙাক তৌগনি, শোয়ফদে।

## লাইরেল মথেক

চোঙ মরিহুদা, মপুগী পাফন চুপখোঙ মরিদগী মপু মহাক্কুগী চাদা নাওতাথরকলিবা তাইবঙপানদি পী পা অনৌগী তাইবঙ কুশ্নেদা মপুগী লাংওল শক্তম তম্ফা লৈরিকনা লাং-ওল্লগা ওইরকপবু উংপা মশাগ্না লাইরেল মথেক হোরগনি।

লাইপৌদা য়াওবা লাইগী থৌগল অমদি লাইপুবশিং অমম্থং মীয়াম পুম্নমক্না পরেং অমত্তা ওইনা লাইরেম্মনা মাঙ থারগা লাইনিংথৌনা ভুং থংনা থম্ন থম্ননা লেংথহুনা খ্বাইগী মাঙদা মাইবনা চিংলগা চৎকনি।

অহানবদা থাংজিংলোমদগী হৌনা শাগ্নবুঙগী য়েংলোম-দগী হৌহনা চৎকনি।

লাইপোং পুবশিংত নৎতনা থৌগল য়াওরিবা মীয়াম খুদিংমক লাইরেল মথেক্তা য়াওবশিংদি লোইদনা তোকপা য়াদে অমদি মরক্তা পোথাবা য়াদে তৎহৈদে।

লাইরেল মথেক্তা য়াওবা মীয়াম পুম্নমক খুং নাম্ম নাম্মনা চম্প্রা ওকপীগী মওংদা জগোয় শা শাহনা খোঙকাপ নারল হুলনা ঈংনা কেনা চৎকনি। ঈশৈ শক শক্কুনা। লাইরোল অমদি য়াওনগী ঈশৈ কয়ামক্তম।

ঐতিহাসিক (য়াওনগী) নত্তবা ঈশৈ খরা।

## ঈশৈ

১

সোরারেলগী লৈপাক্তা,
সো-রারেলগী লৈপাক্তা ;
মপুগী থম্নৌ ভোনিংথৌ
লৈফাওরেদে।
থম্বৌ ভাঙ্গ খুদিংদা,
থ-ম্বৌ ভাঙ্গ খুদিংদা ;
সনাগী থম্বাল অঙাংবা
লৈশাংলেদে ।
পামজররবা ইবুঙো,
পাম-জ-রবা ইবুঙো ;
সনাগী থম্বাল অঙাংবা
নিংথিরেদে ।
সোরারেলগী লৈপাক্তা,
সো-রারেলগী লৈপাক্তা ;
অঙাংদি হুমনি শুবনা
রায়েল্লিদে ।
পম্থৌ কনাই মচানো,
প-ম্থৌ কনাই মচানো,

পানাইদববু মচানি
নিংখিরেদে।

পলেম কনাই মচানো,
প-লেম কনাই মচানো ;
পীনাইদববু মচানি
ফজরেদে।

পানাই পীনাইদবনি,
পা-নাই পী-নাইদবনি ;
মপুন থাবা চাবনি
মপারিদে।

২

পাখং খ্বাং তনৌবা,
পা-খংনা খ্বাংদি তনৌবা ;
করিবু লানা য়োম্বগী নৌবনো
হংনিংইদে।

চংনিং খোম্বগী লোক্তগী
চংনিংদি খোম্বগী লোক্তগী ;
লৈহোবু লানা য়োম্বগী
নৌবনিদে।

৩

খোইমোম য়ুমজাও লাইরেম্বা,
খোইমোমদি য়ুমজাও লাইরেম্বা ;

শজায় মাপল কাংবদা
ফিরোল্লিদে।

পাখং খুদৈ নানৌবা,
পাখং খুদৈদি নানৌবা ;
হৈগোয় নারিল শানা
মতোন পেক্রক শানবু
লোনবীগেদে।

অসিনচিংবা লাইরোল অমদি ঐতিহাসিক পাওশা কয়া খুংথেক জগোয়দা ঈংনা অমদি য়াংনা শক্নুনা লোইশিনগনি।

অরোইবদা লাইমাঙলোমদা লাকপনা মকোকনা লাইমাঙ য়োবদা মী পূম্নমক লেপলগা লাইপোদা লেপ্পশুম পরেং অনীদা লাইনিংথৌনা য়েং লাইরেম্বীনা ওই থংনা লেপকনি অতুগা উত্রামাঙহু ওই ওইননা পরেং অনিদা কোয়না চংকনি।

কোয়না চংপসিদা মায়কৈ মরিগী চিথেক মরি থুদিংগী মপা মপাদা য়ায়া ৩/৩ লক লাওগনি। য়ায়া লাওরমদাই খুদিংদা মী খুদিংমক য়েং ওই ওম্হোক্লুহনা মায় ওনশিন্নরগা লাওগনি লাওবা লোইরগা চুমথোক্লগা চংকনি। হায়বদি লাইয়িংথৌনা য়েং লাইরেম্বীমা ওই তাহনগনি।

মায়কৈ মরি শুরবদা (লোইরবদা) লাইয়িংথৌগী পরেংনা মাইবনা, লাইরেম্বীগীনা মাইবীনা চিংলগা ওমতৈনবা মায়কৈদা হায়বদি কায়লদা লাইয়িংথৌনা য়েংওইননা, লাইরেম্বীনা ওই ওইননা লাইশুমাঙহু অহুমলক কোয়গনি।

কোয়বা লোইরগা লাইমাও মপা চুম্না লাইগা মায়োক্নুনা লাইরোমদা লাইয়িংথোগীনা লাইয়িংথৌ মপাদা, লাইরেম্বীগীনা লাইরেম্বী মপাদা চপ চুম্না লাইরোমদা চুমজিং চঙশিন্নজুনা মাইবা মায়কৈ তাইরগা কত্তববু হোইদোক্লগা অকববু লোইজিন কোনশিন্দুনা লোইশিনগনি।

লোয়ানবা।

মথংদা লোয়াম্লোন শায়রদুনা হাও শাবা থোকনি। অদুদগী হোর শকোক হনজিলগনি। হাও শাকগী শিংপাক ঙাবো য়োম্বদা লাইয়িংথোগী লা মাপল, লাইরেম্বীগী লা তরেৎনা লাইরেম্বীগীনা মনুং থংনা য়োমগনি।

শঙ্গায় শঙলেন্দা লেঙশিনগনি।

লাই শেলুংবো লাইশঙবীনা কৈজা শারগা শমু খোঙপাক য়াওনা য়াথোক শঙদগী শঙ্গায়রেন্দা লেঙশিনগনি। হৌনবী থায়াও নত্রগা হিরাওবা অমদি অতৈ থোগল লাঙ্গল মাইবা মাইবী, পেনা, চোঙ, পে, শেমপোৎ, পুঙ-শেল, ফিরাল শুনা য়াওদুনা শৈহল শৈশকনচিংবা পুন্নমক থোগলগনি।

ক্ষমদেংলবা তুংদা হৌনবী লাইমাঙগী থেনগদবনচিংবা পুমনমক কত্তনা থাগনি। অতৈ মপানগী লাইপোৎ পুমনমক মাগী মাগী মকমদা থমকম চানা চানা কত্তনা থমদুনা লৈগনি।

## লুক কংকনি।

মথংদা লাই লেঙশিল্লবা তুংদ। ঙাইহাক পোথারগা লুক-লেল চাক কংকনি।

## নাওশুমলোন থৌগল

মতুংদা নুমিদাং ইচিক হুল্লকপগা লোয়ননা পেনানা নাও-শুমলোন শৈথাহুনা পেনা শকপনা থৌগলগনি।

লাইহৌ নোংঙানবদগী অয়ুক নুংথিলদা পাঙথোকলিবা অসুম্না হরাওরিঙৈ মনুং নুমিৎ খুদিং মান্নানা চথহুনা থৌপাঙ-গনি। লৈহুন নুমিৎ খুদিংগী তমগনি, হান্নগীসু লৌথোক্লোই। অদুগা অতৈ অথেমপোৎনচিংবা য়াওনা নুমিৎ খুদিংগী অয়ুক নুংথিল নুমিদাংদা শেংদোক্লুনা অনৌবা হোংগনি।

হুমনি, মঙানি, তরেৎনি অমদি মাপন্নি চনবদা শরোই থাঙগনি। অকবা নুমিৎ য়েংহুনা শাবল লমথোক্কনি। থেন-পুঙদা শান্নগনি। হুমনি চনবদদি লাইশঙ ইচাইথগনি।

## লাইতাইবা

লমথোকপা মতমদা লমথোক্লুনা শান্নগদবা থেনপুঙহুং লমতাইগনি। লমতাইবগী শিজিন্নগদবা ই অসি শিংগ্রেংনা তৌগনি। লৈত্রগা চক্লুনা য়াই তুমনৌ তৌনদে।

ই নমপুং মপুন্দু তংথায় থান্নগা কারল তান লোম্না

থারগা মথক্তা লা লাতোন অমদা কবোক অফাবা (অহিংবা) থরা য়োমশিল্লগা লমতাইগনি।

লোয়ননা লাইগী চুপথোঙ অমদি চনিং থাবা অমম্তুং লম অহু নাহায়থোকপনচিংবা মাইবনা তৌগনি।

## লাইরোই

সুমিৎ খুদিংগী শান্নরিবহুগী মথক্তা লাইরোই সুমিৎতদি মথাগী অসিস্থু শান্নগনি।

### হিদাকফু রায়েল থৌদা রাকোংবা

অয়ুক অঙনবদা ফমথৌশিং অমদি হরাওবুঙদা ফমফম নাইনা থাংপোকশঙদা ফমলিবা পুম্বা হরাওরিঙৈদা লাইমাঙ অমদি মীয়াম মাঙদা অচাওলেমজ ফমফম্না খোংগ্রাই ফম-ফমথিবা অমদি মোন্দুম মোক্তেক কিরাংজি য়াতা শাজ্রাংখিবহুগী অমদি হিদাকফু পুমকা কান্নুবগী ইবুঙো ইবেম্মগী মফমদা লংজ রাকোংলেন থাহুনা থুরুম লৈপক পুনেমজবগী থৌরম পাঙ-থোক্কনি।

হায়বদি পুম্নমক মাগী মাগী অঙম্বা রাকোংশেল থাহুনা লায়িংথৌ লাইরেম্মদা কত্তুনা মাইবনা তিনকোক লাইকোক্কনি।

## লৌ য়ানগনি।

মুংথিল লাইরেল মথেক লোইবা মতুংদা মাইবা মাইবীনা লাইহৌদগী লাইরোই ফাওবা শান্নরগা লৌভারোল শকনি। লৌভাবদা শরম মুরাবী শাবীচু শরম মুরাবী ফিজেৎ শেংকনি। লৌ য়াল্লিকৈঙদা নোংপোক্লা তাংখুল শান্নুনা ঈশৈনা খুলংবু থান্নুনা থোক্লকনি। অরাই অখুম শক্লগনি। মথংদা লৌগী মরমদা খংনগনি, (শকখঙনদবদগী)। মমৈদা খঙনরক্লুনা লৌ য়ান-মিন্নরগা মাইবনা ফৌ হুনগনি। মথংদা ফৌ ওনগনি। অরোইবদা লৌ হুম্না হুন্না ওন্না ওন্না লাইমাঙলোমদা চঙলকপনা লাইমাঙ য়ৌবদা লোইশিল্লি। লোইবদা য়োং লেংবান্দা থোং-গৎলগা লৌকা ঈশৈ শক্লগা লোইশিনগনি।

থৌরম অসি মুমিৎ খুদিংগী ঙমত্রবস্থু অহৌবগা অরোইবগদি য়াওদবা য়াদে।

## ঙাপ্রুম তানবা

মাইবা মরিগা মাইবী অমগনা শান্নবা লাইবৌ থৌপাওনি। লাইশুমাঙদা॥

হায়রবদি মপু অমদি মপুগী লাংওন শক্রুম লৌবা মাইবা অহুম পা-পীগী শক্রুমদা মাইবা মাইবী অনি পুন্না শান্নবনি। মাইবীগী মহুত্তা মাইবনা মুপী ফিজেত্তা ভৌবস্থু য়াই।

মপুগী শক্রুম লৌবাসনা লাই খাওন ফুরিৎ পুময়াং কৈজোম কুনজা থাদহুনা ইন্নফি কিবুম চোন্না ফিজিল অনিমক

হাইগৎতনা মাঙলোমদা চোম্না ইন্নগনি। কোকয়েং ভোলোক য়েংকনি। ইন্নফি মনুংদা উহন্দনা খাও অমদা খুবোম অমমম শাংবা খুবীমুক্তা চাওবা চৈ তরেং হাপলগা ওইগী নাকন্দা য়ান্দুনা পুগনি। অচুগা য়াম্না চিংলেম্বা খোঙকম লেঙনা লেঙনা কোয়চৎ চৎনা চোং চোংদুনা জগোয় মওংদা খুত্তি হাইগন্তনা ফিন্নুংদা ইপোম পিনা জগোয় শাগনি। মপুগী লাংওল শক-তমদা ওইবা অনিগী অমনা লম অমা শাংবা নাচৈগুম্বা চৈ অনি মখুং নাম নামনা অমমম চৈগী ময়ায়দা পায়রগা য়াম্না নিংথিজনা অকল-অথোগী মওংদা কম্না খুং খোঙ অমদি হকচাং পুম্বা পাঙ্গল থেক্লা চোং ফন্দুনা হাই হুম্না জগোয় শাগনি।

পুময়াং ফুরিং খুদাং ককপা, কৈজোম খুকউ মথক ফাওবা শেংকনি। কুনজা তুংলোমদা য়েংকনি। কোকয়েং ভোলোক মচা খদাংচেং হাপ্লা নত্রগা হাপ্তনা লাই খাওনগনি। অতোপ্পা অমনা চপ মান্নবা ফিজেত্তা চৈদং পায়দবা মশাতা চপ মান্নবা মওংদা মাগী খোকপা জগোয় শাগনি।

পাপীগী শক্তম লৌরিবা অনিনা, অনিমক ফুরিং পুময়াং লাই খওন কুনজা তুংদা য়েগতুনা শেংকনি। কৈজোম খুকউ মথক শেংকনি। মুপা ভাক ওইরবদি কি অমমমনা মুপাগী শক্তম লৌবনা লুমাং শম্বুলগী মওংদা মাঙদা মুপী শক্তম লৌবনা লুতুং শম্বুলগী মওংদা লুখমদা পুল্লগা য়েংকনি।

অনি অসিনা মরাক তাইবা ইন্নফি ফিরুম অমা ফিগী মমুংদা তি থোক্লগা ফিজিল অনি অনিচু খুং নাম নামনা অমমম

পায়হনা ঈনথা খোনবনা ঈল পায়রগুম পায়রগা খোংথাং মায়না পায়রিবা ফিহ্ খাওগী মওংদা মপুক চোল্লপনা ফিথাওহ্ হাই হাইহনা ভাঙ্গা য়েংনা য়েংনা মায়না নাক য়েং ওইদা হাইদোক হাইজিল তৌহনা খেংগৌ চোংগনি।

মতম অসিদা পুঙ, শেল, পেনা, বাঁশীনচিংবা খোংহনা তাল চানা ঈনিল পীগনি। পেনামা লাইরোল ঈশৈ থৌগনগনি। মী মঙ্গা অসি তাল অমত্তদা মতম অমত্তদা শায়হন্না জগোয়দি মাগী মাগী থোকপা তোঙাল তোঙালবা মওংনা কোয়না নত্ত্রগা লৈনা চোংনা তোঙাল তোঙালবা মায়কৈদা অমগা অমগা থক নকুন্দনা লেপত্তনা জগোয় শাগনি। পুঙ অমদি পেনানা পিবা তানগী মতুংইন্না কন্না অমদি তপনা মাগী মাগী থোকপা শায়বা মশায়নি।

অস্তুম্না শায়রিবসিগী হৌরকপদা তানজা য়েংহনা অহাংবা মফম অমদা ফি চোননা শেৎপা মপুগী শকতম লৌরিবা অসিনা নোম্থহনা হাইকেং ফমথরগা মাগী খাউদগী চৈ মতেক খুবোমমুক শাংবহ্ অমা তপ্না লৈমায়দা থমগনি। হেক থম্বগা অতোপ্পা মায়কৈ অমদা জগোয় শা শাহনা থোকখিগনি। চৈশাং অনি পায়বা অহনা মাগী চৈশাং অনি অহনা কারল তানা মখুং ওইদা, ওইনা পায়রিবা চৈহগী ময়াইদা য়েংনা পায়রিবা চৈহত্নু ওইগী চৈগী মথক্তা তংখায়দা চপ চানা কারল তানা, কারল মফমহদা খুং ওইনা পাএরগা খুং য়েংকৌনা হায়না ময়াইদা পায়রুবহ হোংলগা চৈগী মনিংদা হুহনা পায়গনি।

অহুগা তেল পায়বনা তেল কাপকদবগী মওংদা উংপগুম হায়বদি শাতানবনা শা উরগা তেঙ্গা থোংনা শাদা পান্দম্বগুম ঙশাইগী অতোপ্পা অমনা থাদখিবা চৈ অহুদা কাপকদবগী মওংদা জগোয় শারগা তানজ্ঞা ফংবদা কাপখিবগী মওংদা উংপা মওংগী জগোয় উংকনি।

ফেক উংলুবগা চোংথোকখিহুনা অমুক মায়কৈ অমরোমদা চংথোকখিগনি, মতম অসিদা পুগু শেল য়াম্না কন্না তান কাঙবুনা পিগনি। চৈশাং পায়বনা চোংথোকখিবগা কান্নদনা, চৈশাং পায়বনা খরা লাপথোকপ্রবদা, হান্নদগী য়াম্না মুন্না য়েংহুনা লৈরম্বদগী করি অমত্তা পায়দনা চোংকন্না জগোয় শাহুনা লৈরিবা অতোপ্পা অমহুনা জগোয় শানা শানা চংলজুনা তাহুনা লৈরিবা চৈ থুবোম শাংবা অহু য়াম্না চেকশিন্না লৌখংতুনা পুরক্কনি। য়াম্না হরাওনা জগোয় শারগা অতোপ্পা মী অনিনা পায়রিবা ফিখাও অহুগী মমুংদা য়াম্না চেকশিন্না হাপকনি চৈ অসি হাপপ্রবদগীদি ফি পায়রিবা অনিহুম্ব য়াম্না চেকশিন্না পোং অহু শোয়দ-ঙাবদা তাদনবা মওংনা ফিহু খর চপশিল্লপ থাও শানা পায়গনি। অম্বুম্না মাগী মাগী থোকপা পুম্নমক লেপনদনা জগোয়গী মওংদা চোং কন্দুনা হাই-হুন্না শান্নগনি।

অম্বুম্না অহানবগী চৈ অসিদা তৌবগুম চৈ তরুক অহুম্ব তৌগনি। চৈ তরেংমক লোইরবদা চৈ য়াওনা ফিবুল থাওহুনা য়োম্নগা পুম্নমক লাইদা কংকনি।

তরেংলক অনিমক শান্নবা থুদিংদা ফিবুল পায়রিবা অহবু

ওই ওইননা কোয়গনি। অমুক অমুক কোয়বগী থুংলবদা চৈ অমমম থম্বা অমদি থুন্দুনা হাপ্লসি পাঙথোক্কনি। অস্নুম্বা চৈ তরেংকী তরেংলক তৌগনি।

মসি পাঙথোকপসি চৈ তরেংকী শুনা কোয়বসি ঙমদবনা নম্মী, মরমদি লাই তোংবনা হেনজিল্লকুনা কোয়দনা চৈশিঙ শুনবা হোনবী থুনগৎপহুত্তং নংননবা হোংনহুনা পাঙথোকপনা নম্মা।

মরমদি মসিগী থোরম অসি হেক হৌবদগী অল্লাওবা খুদংহুতা নংতনা ভাবোক ফাওবা অয়াম্বা মতমদা লাই তোংহুনা চাওবসি মহৌশা ওইনা তৌই। চাওখিবনা হেনগ্রবদি থবক্কু লৌইবা ঙমদবা থোকপা য়াই হায়বদগী চাওখ্রিবৈদা চৈ মশিঙ তরেংলক শুনা থুলহৌনবা হোংনগনি।

মসি শান্নবা মতমদা মায়কৈ মরিদা নিপা মরিনা মৈশেং মৈবা থোগলগনি।

অস্নুম্মা মপুগী পাফলথক্তা তাইবঙনা পোকপা, হিংবা, শিবা অমদি মপুগী মঙল অহুম্না য়োম্না থম্মীবা লোইননা মপুনা লৈশেমমৈদা পোংলম তরেং পীরকপা, লোইশিন্দুনা পলেম পম্মোদা শিন্নবা অমদি অশিবগী থয়াংতা লংথনবা শেন্নবগী ওইববু শান্নবা মশান্না পোংলম তরেং চাপ্রম অঙৌবা মাবু মহুৎ শিলনা উংপা চাপ্রম তানববু শাম্নে।

## শঙগায়দা লেঙশিনবা

মথংদা শঙলেন্দা লেঙশিনগনি। হৌনবী শমু খোংপাক্তা থোগল লাক্লন পুম্বা শুনা পুঙ শেন পেনা শৈরোল শৈথানা

লেপ্তশিনগনি। হিরোয়নচিংবা য়াওগনি।

মীয়াম ইমা ইবেনশিংনা লাইরোল ঈশৈ, থেল্লোন অমদি হরাও মথোই কানা শাবা কংজবহুনী মুংঙাইবা কোঙদোকপগা লোইননা কুমণ্ডল মথং চহিন্নীস্থ খোগল সেবা য়াওজববু নিজবা শৈথাগনি।

থেল্লোন শৈথাগনি।

মাইবনা থেল্লোন শৈশক্লা শৈথাহনা খোগল তৌগনি।

হোইরৌ হজিলগনি।

পেনা খোংবনা পেনানা হোইরৌ হজিনগনি।

লুক কংকনি।

চেংপাক, কবোক, হৈ, চবান অমদি শম্বেল লুক কংকনি।

লাই তেশিনগনি।

মাইবনা লাই তেশিনগনি। শেলুংবনা হৌনবী লাই অমদি থৌরম পোৎলম পুম্বা লোইশিনকমদা লোইশিনগনি।

---

# নোংঙালবদা

লমজেল মুকনা।

মন্নুং মপাল অক্ল অথেল লিরোল লিথুপ নাইববু উংনা তাক্তুনা মপুগী লিথুন অমদি মপু মাগী মতিকপু শিংথা থোপাং উমং লাই হয়াওবা থোরম পাঙথোকচহুনা তাইবং নমু পোংনা খুনচাও লৈচাও নাদ য়েক্ল সুঙাই য়াইক ফংনা মৈন রায় তাংন শম চকৈঙেদগী পানজবদি মপুগী থৌশিলনা ওইরবা পাগী শকতম লৌরিবা রাখলনা পীগী শক্তম লৌরিবা পুক্লীংবু রারক্তুনা পুক্লীংবু খুহুম চল্লবতদা তাইবঙগী থোরম খুদিং পাঙথোকনা মপু মাগী অরান খুবমবু ফংজবনি হায়ববু পাওতাক পাওরোননা পাঙথোকপা লমজেন মুকনাবু শাগ্নগনি।

হায়বদি য়াঙলগা লমহেন চাওবী পুক্লীংগী মপা লৈত্রবা অনিংববু রাখলনা তান্নহুনা পুক্লীংবু কাথনা পুক্লীং রাখল মান্ননা চংমিন্নরবতদা মপুগী তাইবঙদা মহৈ য়ানবনি. অমদি অরান খুবম ফংবনি হায়বনচিংববু পানখৈননা মপুভ ফাবা নমু পোংবু ওইজবা ফংবদি তাইবঙ মপুগী শাথায় তরেং ওইনা শনথঙেদগী ওইরকপনি হায়ববু উংনা নিংশিংবগী মওং ওইবা শান্নরোয় তরেং তরেংনা পানা থায়না পী-পা নিঙোল পিবা হায়না লামবা লেপনহুনা শান্নবা লমজেল মুকনা শান্নগনি।

অসিগুম্বা লমজেল মুক্না অসিদা মায় পাকচবা কাংবুদা মপান থোংদা চুম্না মনা মথুম পীবত্তগী ওইবা থাগৎপত্তা নত্তনা মন্নুংগী ওইবা মপূক চেংপা, হৌন লোনচং, য়ুম্বাল, খুন্নাই অমদি খকনী খাগী খওনা মপুগী তাইবঙদা শিন্থা পাঙবা ঙম-জবনি হায়বগী থাগৎপগা লোয়ননা মহূ ঙাকচবগী মপুগী লিখুন লিক্লম্বু ফংননবা হেন্না মশা অমদি খ্বাইবুম্বু লমজিংগদবনি হায়বগী অপেন নুংঙাই নুংশি নুংওল থাগৎপনি।

লমজেল মুক্না অনিগী শন্নরোই পুম্নমকম্বু শান্নবা মত্তমদা অথল অতেগী খনগৎলবা পানাগী মীরেপ ত্তরেং/তরেং অহূ মশা মশাত্তনা লেপ্লিবা মকমগী মতুং ইন্না অরেপ্পা মশক নাইবা লাই তরেঙ্গ্গী মন্নুংদা অমনি হায়না খন্না মপুগী থৌগল তৌবগী মওংদা শান্নবনি।

অসিগুম্বা ইন্নুংলোনগী মওং অসি খঙনা লাইগী থৌগল তৌবসি মহৌশাদগী য়াম্না লুনা চেংনা থাজনা চৎনরকই। মত্তুগী অথোই অহেন্না খুনজাগী খেল-চাং অমদি মহৈস্থু লেপ্পনি থাজনৈ।

লমজেল মুক্না অনিমক অয়ুক্না মাগী মাগী পানাগী অরৈবা মথৈ থোক্তনা য়েন্তম্বা হায়ত্তনা ফকথংনরগা পানা অমমমগী মী ত্তরেং/ত্তরেং খনগৎলগা নুংথিলদা অরোইবা ওইনা লাইগী থৌগল তৌই।

খনগৎলবা শান্নরোয়শিংনা নুংথিলগী মত্তমদা হৌনবী অপ্রেম-পোং হৈক্রক য়াওনা নিঙথম শর্মাজন (ডিক) শেত্তনা কারক্লগা

পানাগী ফমফমদা থক্শী-খাশী নাইনা মথং মনাও ফমগনি। মতম চানা মাগী মাগী লাম্বা থেংনগনি।

লমজেলদি মুংখিলদা পুম্না তৌগনি। লমজেলগীদমক্তি থুদক্কী ওইবানিনা নিঙথম শমজিন য়াওদনা তৌই।

লমজেল মুক্কাগী লাম্বা থেংনবা লোইরগা অহেনবশিংদা হোনবী মনা মথুম পীবগী থবক তৌই।

## ফমথিনবা

অমুম্না লাইগী থৌগল লোইখবা তুংদা মাইবনা লায়িংথৌ লাইয়ামবু থুরুম খাজংনা মতেকমদা তেশিল্লগনি মহলফমদা হনজিল্লগনি।

মথংদা ফমথৌ নিংথৌনচিংবা পুম্নমকপু মাগী মাগী মচা মনাইশিং লোয়নদুনা ময়ুম ময়ুমদা শঙকুম্নগনি। শঙকুম্বদা মাইবী অমদি পেনা য়াওনা মীয়াম্না শঙকুম থৌগল ঙৈশে শক্নি। দোলাই তোংদুনা পে খন্না মীয়াম্না থৌগনগনি। য়ুম য়ৌরগা অহানবদা লাইয়িংথৌ সনামহিদা থৌগল পাওহল তমনা সেবা ফমফমদা লাইবুঙদা ফম্বগুম ফমগনি।

ডাইহাক পোথারগা লাইয়িংথৌ সনামহিদা অথেমপোৎ লুক্রেন কংকনি অমম্ভুং মীয়ামগা লোয়ননা পুন্সিরোলবু নিজগনি। লুক্রেন অমদি হৈয়ুল লৈমনদ মীয়াম্না খুনগনি। লোয়ননা য়াইফ মুংঙাই পুন্সিরোলবু নিফমদগী নিজগনি।

শঙকুম্নকপগী লম্বী লাকপদা অমম্ভুং য়ুম থুংবদা লূক কন্ত্রিচৈঙদা মীয়াম্না মানা মানা খঙবা হৈবা মখল মথেল জগোয় ঈশৈনচিংবা ত্তৌনৈ।

হয়ি হে লায়িংথৌ ;
হয়া হে লাইরেম্মা ;
হয়াহে হয়াহে ;
হয়ি হয়ি হয়াহে ;
হয়িহে হয়াহে,
হয়াহে হয়িহে ;
হয়া হয়া হয়িহে,
হয়ম হয়ম হয়াহে।
(হন্না হন্না শকনি)

হরাওবগী থবকশিং লোইরগা লাইগী শেমজিন লোইশিনকম পুম্নমক খুদক্তা লোইশিনগনি। অদুগা লাইথোঙ থিংগ্রগনি।

হুমনি শুবদা লাইথোঙ হাংলগা লৈ-খোমগনি। খোম্লিবা লৈশিংদু শাবুঙদা মৈ থাগনি। হোনবী লৈহুম্নচিংবা পুমবা ওল্লকপা চাহি কাওবা কায়দনা থমগনি।

অকবা মুমিৎ অমদা নক্রগা হরাওবা লোইরগা লমজেল মূক্লাগী মথং মুমিৎতা পেনানা য়ুম্নকতা মকম অমদা থৌগল লোন শৈশক্লা কৈনিঙ কুমগনি।

ককচিংনা শেবা চৎলিবা উমংলাই পুম্নমক চপ মান্নবা মওংদা লাইথৌ থৌপাংই। স্তুপ্নগী খেন্নফম থোকপা খেল্লোনগুম্বা থরদং লাইশক্নী মতুং ইন্না খৈন্নৈ। অহুবু পুম্নমক অসিগী মথক্তা চাওনা খেন্নবা অমদি লাইবুথৌ শেকমাই নিংথৌদি হরাওবা লোইরগা লাই তেশিল্লমদাইদা ঈকৌই।

লোইরবা।

## শ্রীকুঞ্জো সিংহ পরিকেম্মবী লাইরিকশিং :—

১। ককচিং (১৯৭১) পুখ্রম্বম ভরত মৈতৈ।

২। ইঁকলীংই শত্তে অমঙ্কং কবিতাগী (১৯৭২)

শ্রীকুঞ্জো সিংহ পুখ্রম্বম।

৩। ককচিংগী খরদং (১৯৭৩)

শ্রীমোইরাংথেম প্রেমানন্দ সিংহ।

৪। ককচিং হরাওবা (১৯৭৩) পুখ্রম্বম ভরত মৈতৈ।

৫। ককচিং খুম্বোকলোন (১৯৭৩)

ময়াংলম্বম তোম্বা মৈতৈ।

৬। রাণীগী থমোই কাযবা য়াস (১৯৭৭)

শ্রীকুঞ্জো সিংহ পুখ্রম্বম।

৭। অনৌবা, রাওনগী মৈরী (১৯৭৯) (১৯৮১)

শ্রীকুঞ্জো সিংহ পুখ্রম্বম।

৮। বিপ্লবকী ইশৈ (১৯৮১) শ্রীকুঞ্জো সিংহ পুখ্রম্বম।

৯। মৈপা লাংবা (১৯৮১) শ্রীকুঞ্জো সিংহ পুখ্রম্বম।

১০। ককচিং হরাওবা (অনীশুবা শরুক) (১৯৮৬)

পুখ্রম্বম ভরত মৈতৈ।

---

## লাইরিক ফংফম :—

১। ব্লু বার্ড, ককচিং বাজার।

২। এঃ কেঃ বুক হাউস, ওঃ কেঃ ষ্টোর, কংলো বুক হাউস, ইম্ফাল।